খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোগী

# করিনুংগী
# নুপী
# লোঙ্করুরবা

"নুপী অমুওংবু লোনখ্রবা
ইমুংগী লালদি লেপ্পরোই"

ফোংঙবী,
খুন্দোংবম ওংবী রাইনা,
রাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল;
ইম্ফাল।

কোপী—১০০০
কোপী রাইট—অইবা মশামক্কি।
ষ্টেজিং রাইট—রূপমহল থিয়েটর।

মমল— লুপা ২৫
জান্যুৱারী— ১৯৯৪

কনাগুম্বনা শাম্নবীনিংঙবস্থু শান্নবীদ্রিবৈগী মমাংদা অইবদগী অয়াবা লৌবীয়ু।

নম্ফম—ইষ্টর্ণ প্রিন্টিং এণ্ড এলাইদ ইণ্ডষ্ট্রিজ (ইপাই) কোম্নুং লম্পাক, ইম্ফাল।

৺খুন্দোংবম্ ইতোচা

লাইরৈবাক তানখ্রা নুংশিজরবা পছোগী নফমদা

তমজরি

নচাগী অহুমশুবা খুদোল

"করিনুংগী নুপী লোঞ্জরুরবা"

## থাগৎ ৱাহৈ অমত্তং

অইবগী "করিনুংগী মুপি লোঞ্জরুরবা" হায়বা ড্রামা অসিবু পুক্চেল চাওরবা রূপমহল থিয়েটরনা লৌখৎপিহুনা থিয়েটর অসিমক্কি ফম্পাক্তা মশক থোকপা মীয়াম্না য়াবা লিলা অমা ওইনা পুথোকপিখিবা লোয়ননা ড্রামা অসিদা থৱাই য়াওনা শরুক য়াবীখিবা রূপমহলগী কলাকারশিংদা অইবনা তৌবিমল খংবা উৎচরি। ড্রামা অসিগী অশোয় অঙাম কয়াবু চুমথোকপিখিবা, ড্রামা অসিবু ড্রামা অমা ওইননবা হোৎনবিখিবা, ড্রামা অসিগী ডাইরেক্টর ওইবিখিবা নুংশিজরবা ইয়াম্বা শ্রীচান্দম গোপাল সিংহগী মফমদা ননাওনা পুন্সিসিমগী শিংবা ওয়রোইদবা লমল তোনশিঞ্জরবনি।

অরোইবদা ড্রামা অসিবু ফোংননবা হোৎনবদা ছাপা নম্বগী পোৎলুম অমদি অইবগী অৱাৎ অপা কয়াগী দায়ীত্ব পুন্নমকপু লৌবীখিবা EPAI গী Manager নুংশিরবা ইনাও মাইবম রাজেন অমদি প্রেসকি ইচিন ইনাও পুন্নমক্কি মফমদসু অইবনা তৌবীমল খংবা উৎচরি।

ব্রোজেন্দ্রো

# ডাইরেক্টরগী ৱারোল

অহল ওইরবা মপাবু য়োক্লুনা অমস্তুং শেল থোক্লবা মনাও অনিবু নাওকোন্থুনা য়ুম্বাল্লকপা ইবোহল মুপি লোল্লুবনা মরম ওইদুনা মুমিং খুদিংগী থোরকপা ইমুংগী লাঙ্গাওবু থেংনবদা চোকথরদুনা তকসি শোন্নকই "করিন্নুংগী মুপী লোঞ্জরুরবা"। অসুম্না মুপি লোল্লুবগী অৱাবা চৈথেংগী চাং (ডিগ্রী) বু শ্রীখুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রোনা মহাক্কি প্লে অসিদা ৱাহৈ মরিতগী ৱারেং মচা অসিদা ফোংদোকই। ইমুং মনুংগী থৌদোক ৱাথোক অমস্তুং সমস্যা কয়াবু শ্রীব্রোজেন্দ্রোনা তোঙান তোঙান পুথোক্লুনা তোঙান তোঙানবা মহাক্কী প্লেশিংদা নৈনবা হোংনৈ। শম্না হায়রবদা শ্রী ব্রোজেন্দ্রো ওসিগী মনিপুরগী খুন্নাই অসিদা ইমুং মনুংগী হিরমদা য়ুমকম ওইবা লীলা (ফেমিলি প্লে) ইবশিংগী মনুংদা মচিন য়ান্নমক তুমখৎলক্লিবা অইবা (প্লে ৱাইট) অমনি।

ঐনা ডাইরেক্সন পিখিবা প্লেশিংদা "করিন্নুংগী মুপি লোঞ্জরুরবা" হায়বসিনা অহুম্নক শুবনি। ইং ১৯৮০ দগী চথরকখিবা রূপমহলগী সমাজিক প্লেশিংগী মনুংদা থোয়দোক্লা মায় পাকখিবা প্লেশিংগী মনুংদা অমা ওইখিবনি। প্লে অসিদা মপাগী শক্লমদা ঙাহানবা শক্লম লাংখিবা লৈখিদ্রবা ৱাঃ কুঃ দরেন্দ্র সিংহগী পারফোর্মেন্স ওসি ফাওবা মিৎ অনিদা শং-শঙনা উরি।

শ্রীব্রোজেন্দ্রোগী প্লেশিংগী মতাংদা ৱাফম অমত্তং পনবা তারবদি "ডাইলোগ" কী মতাংদা হায়জনিংই। মহাক্কী "ডাইলোগ" শিং য়াম্না চমই, হায়বা মুংঙাই অমসুং শক্তি লৈনা ফাগি চেল্লি। অদুম্নদি ওইরগা হৈ-শিংবা মফোংদোক অমগী ইঙ্গিৎ চেক চেক পী। এক্টর, এক্ট্রেশশিংগী ডাইলোগ মপি অমস্তুং ভাবোককা রেসপোন্স মতুগী 'সিচুয়েসন' অমস্তুং অকুপ্পা টাইমিং হান্ননা ডাইরেকসননা খঙদোকপা অমস্তুং উখোকপা দরকার ওই। শম্না হায়ববদা ভাবোককী রেসপোন্সনা হেম্বিল্লক্লুনা অর্থ চেল্লবা মথা চথরকপা ৱাহৈশিংবু থোমদুনা চৎহলদনা মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙমহৌনবগী মিৎ-না শিংবগী ডাইরেকসন অমা চংই।

শ্রীচান্দম গোপাল সিংহ
রূপমহল
তাং ৩০ | ১২ | ৯৩ ইং

# রূপমহল থিয়েটরনা অহানবা
# পুথোকপিখিবা
## জুলাইগী তাং ৭ শক ১৯৮৪

### শক্তম লাংবীখিবা রূপমহলগী কলাকারশিং

| | |
|---|---|
| কাওবা | ৺রাঃ কুঃ দরেন্দ্র/তেজকুমার |
| অমু | ওঃ জয়/শ্যাম বাবু |
| অঙোৌবা | রাজেন/দলেন্দ্র |
| ইবোহল | ইমোবী |
| ইবোয়াইমা | শান্তিকিশ্বর/কুঞ্জমোহন |
| ইবোতোম্বী | বীরেন |
| থাবল্লৈ | বীনোদকুমারি |
| ইবেমপিশক | বেদবতি/চান্দনী |
| সনাতোম্বী | মিনাকুমারী |
| ষ্টেজ এন্দ লাইত | হেমন্ত |
| ম্যুজিক | কুল্লা |
| মেক-অপ | যতুমনি |
| ডাইরেক্তর | চান্দম গোপাল সিংহ |

রূপমহলগী ষ্টেজদা তাং ১৮।৯।৯৩ ইং ফাওবদা শো ৯১ রক হন্না উৎখ্রবা।

# "করিনুংগী নুপী লোঞ্জরুরবা"

## অহানবা তাঙ্কক

### অহানবা উৎপা

য়াম্না নানবা মৈতৈ য়ুমজাও অমগী মাঙ্গলনি, ময়ায় ওইরপ থোংজাও অমা নাকন অনিদা থোংনাও অমমম, থোংজাওতুগী মথক্তা Frame চনবা পাখ'বগী পাফল অমা, ফমেনলোমদা ফক অমা থাদুনা লৈ, ফক মনাক্ত হিদাকপু অমা তোংজৈ পান্দুনা হিদাকপু মখোং অমদা থাঙ্গত্তুনা লৈ। নাকথরোম থংবদা Table অমা, চৌকি অমা লৈ। ফক ময়াদা মোরা অমা লৈ।

কাওনা হিদাক হাল্লগা ভাম্বক অমা পায়দুনা ইমুংদগী থোরকই।

কাওবাঃ— (মতোমতা, নোকই) হা হা, ফনদুম নুংভাইরি। নুপিরা নুপি নত্ত, নুপারা নুপা নত্ত, (হিদাকপুদা ভাম্বক পানশিল্লি, ফক্তা ফমথৈ) নোংভানবগা চাকখুমদা, নুমিত্তাবগা চাকখুমদা, পাথ্রা য়ুম্বান হায়বসি 'মুম হায়না তৌবোরে। (তোংজৈ পায়খত্তুনা চৈংই)

(ইবোতোম্বী Track Suit অমা শেৎলদুনা ফুটবল শান্নবগী বুট (খোংউপ) মরেংবান্দা য়াল্লগা চংভকই।

মোরা অমা চীংথোকঅগা ফম্মী, মানা তোংঙকপা খোংউপ লৌথোকই।)

( মুন্না য়েংলগা ) ইবোতোম্বী

ইবোতোম্বীঃ— প্যাবুং

কাওবাঃ— বোল শান্নরুরিবনিনে?

ইবোতোম্বীঃ— ঔ।

কাওবাঃ— বোল শান্নরগা করি কান্নে?

ইবোতোম্বীঃ— (ঙক্লা) করিনোনে পাবুংনা হায়বীরিসিবো?

কাওবাঃ— করিবু কান্নবগে হায়বা?

ইবোতোম্বীঃ— (শাওরপ) খংদে ঐ।

কাওবাঃ— খংদবা নংদি করিগী বোল শান্নরিবা?

ইবোতোম্বীঃ— ঐখোয় পাবুংসি ভাওদৌরবরা করিনোমা তৌরেদা।

কাওবাঃ— ইপা ভাওদে, ইপা ভাব য়াম্না তারিবজাৎনি, নংনা হায়নিংঙমগনি, হকচাং শাজেন্নি, মুংভাইবগীনি, মিংচৎকীনি, অতুগীনি, আদাগীনি, নত্রা? খুম্মো, ইপানা হায়রিবসি চুমদ্রো? "হোইনহে, মাগী মচাদু বোল শান্নববু ওস্থোক্লা ফজখ্রেনে, Pele দু মঙায়, Maradona দু মঙায়" হায়নরগা নঙোন্দা করিবু কান্নবগে?

ইবোতোম্বীঃ— মিংচৎকী নত্রনে ঐখোয় মীওইবনা হিংনরিবসিবো?

কাওবাঃ— হোয়নে, নংগী শান্নবদা ফংবা মিংচৎতুনবু নঙোন্দা করিবু কান্নবগে হায়মী?

ইবোতোম্বীঃ— (শাওনা) খংদ্রে অতু য়ৌশিল্লকঅবদি।

কাওবাঃ— হায় বুহু, মীপুম খুদিংমক্না নখোয় শান্নরোইশিংবু হেন্না নিংথিনা ফজনা শান্নববা, নখোয়গী Club না ঐখোয়গী লৈবাক্না মীরৈবাক মচাশিংগা লাম্বা তৌরুবদা মীথোই মীহেল্লক্ববা নপুক্নিংতু থৌগৎলমগনি। চুমত্রা হায়য়ু।

ইবোতোম্বীঃ— অতুবুদি চুম্মীনা।

কাওবাঃ— চুমদদি, অচুম্ববুদি করিগী চুমদনি। নখোয়না ময়াম্না

পুক্নিং থৌগৎপীবদুদা হরাওদুনা খোলদা থরাই য়াংবরিঙৈ লাইরিক্তদি হোৎজোং হোরে। নখোয়বু নিংথিনা ফজনা থরাই য়াওনা শান্নবা ইনশিনখিবা মখোয় অদুনা হয়েং মচাম্বুপী থাজরমদায়দদি বোল শান্নবা হৈবা হায়না থি-রকওই। লাইরিক হৈবা হায়না পীরকনি। করি কান্নে? খোলদুনা নপুন্নিচুপ্পা হিংবা য়াগদ্রা? নপাঙ্গল ফরিঙৈদদি মফৈ হয়েং নপাঙ্গল হস্বরক্লবা মতমদা ফুটবোল শান্নরম্বগী পেন্সন ফংগদ্রা? নমান্নবা বোল শান্নহৌদবা, লাইরিক তমহৌবা কাংবুনা ওফিসার অচৌবা ওইদুনা জীপ, কার তোংগ্রগা, নখোয়না মতম অমদা বোল শান্নবদা ফাওরম্বা মিংচত্তু নিংশিংদুনা চাবা য়াগদ্রাও থীবোংলাও? নংনা ঙসি বোল শান্নবা হৈবগীনি হায়দুনা চহি অমগী লুপা ৪০০/৫০০ ফংঙিবদুনা নংনা নোংমগী বোল শান্নবা লোয়-রগা শঙ্গোম গিলাস অমা, য়েরুম অমা চাবা ফাওবা কোন্নদ্রে। বোল শান্নবা নংগী নবুক্তুবু কনানা থাকপী-গনি হায়বগেনে?

ইবোতোম্বীঃ— অদুগী হায়রুরবদি পাবুং শান্নবা হৈবা মীশক অমমমনা কারবার তৌবা মীশক অমদগী য়াম্না হেন্না তান-খ্রবা জাংনি। Bengal দা Delhi দা Bombay দা ফুটবল player অমমমদা ক্লব অমমমনা পীরিবা শেলসি য়াম-খ্রপোৎনি। লুপা ৫০,০০০/- ৬০,০০০/- লাক্ষ হেন্না পীবম্বু য়াওরিবনি। Pele খোয় Maradona খোয়নগা ফং-ঙিবা শেলসিদি—

কাওবাঃ— আ, ইচাদি য়াম্না থংওম্ম্রজাংনিদনা সিদি। ইচানা য়াম্না থংমনবসিদা ইপা রায়কো। নংগী মিংসি ইবো-তোম্বী কৌইদনা নংনা মৈতৈনি, নংনা লৈরিবা লমসে Brazil নত্তে থংঙবরা? Bengal সু নত্তে, মনিপুরনি, মনিপুর। মনিপুরগী থ্রাইদগী হৈবা প্লেয়ারদো Local Club

অমনা পীগে হায়না পীরবদা বেঙ্গোলদা লুপা ৫০,০০০ পীনবদা মনিপুরদা লুপা ৫০০ ভাব তাররবরা ? ইপাসু মতম অমদদি মনিপুরদা ফুটবল শান্নবদা কাওবা হায়দুনা ইমিং লৈরম্মীবনি। অদুবু বোল শান্নবসি চাদবদি য়াদেনে। চরা হেল্লগা শান্নবা য়াবা ওইরবদি মফবা। ঝারেমখৈ শান্নরু- রগা লাইরিক পাবদি লাই ওইরবসু য়াররোই। লাইরিক পাদ্রবদি হৈবা হৌনদ্রে। হৈত্রবদি তোকপদা তারে, বোল শান্নবরোমদা ইনখিবা তারে। ইনখ্রিবা বোল শান্নবদুনা হিংবদি য়াদে। মসিননি মনিপুরদা শান্নরোই অমত্তনা চহি ৫ ফানা শান্নবা ঙমদ্রিবসি' ভাব তারবরা ? চরা হেন্নবা, মুপি থীবা খংদনবা থবক তৌনুকো।

( ইবোতোম্বী চংখি, অমু চংঙকই )

অমুঃ— করিনো ইতাও অঙাংদা চৈবীরিদুবো ?

কাওবাঃ— এ ইতাও কদোমদৈনো ? ( হৌগৎলি ) অমুক্তা লেং- খৎলকউ। অমুক্তা লেংখৎলকউ।

সরকারদা তায়নবা ঙমদদনা ইচাদা তায়নরিবনি। সোমদা লেংশিনসি।

( ফক্তা ফমথমিন্নৈ )

অমুঃ— করিগী কৈদৌরদনা সরকারদা তায়নবা ঙমদ্রিবা ?

কাওবাঃ— ঐনা হায়বদি ইতাও, বোল শান্নবদনি খংদে, অমদনি খংদে শান্নবদা থরাই য়াওজবা অঙাংশিংগীদমক আ তুং ফাওবা হিংজনবা পোরম অমমমতং শিনবীবদি মফৈদনা, মদুসু তৌবীদে। শান্নরগা তলব চাবসু নত্তে, মখোঙ মখুৎ তেকও, বোল শান্নবা য়ারমু ... ... নত্তে ইতাও, ভাবক্লা য়েংবদা খ্বাইদগী মুংঙাইবসিবু ফুটবোলদগী হেনবা করিবু লৈরিবগেনে ? অদুবু সরকারনা বীদ্যা লমশি ওইহল্লেনে।

অমুঃ— এ ! ইতাও থায়নগী নত্রবনি সরকারনসু য়াম্না কন্না

হোৎনরবনি। সরকারগী লোয়শং কয়াদা থবক পীবদা শান্নবা ফবা মীওইদা খুদোংচাবা কয়া'মক্সু পীরবনি।

কাওবাঃ— মতুদি অমা অনিগী রানি। থবক পীরিনা হায়বা য়ানবা থোক্লি। মতুদি Civil Services Drama Competition দা নুপী Artistes লৈতদনা Casual দা হাপচিনবগুম্বনি।

অমুঃ— অতু ঙাক্তস্থু হায়ন্নুনে ইতাও নংবো। ঐনা তাবদদি কনা কনানো খরদি লুপা কয়ার করোরদা তাল্লে হায়দা।

কাওবাঃ— মতু মীগী লমগী রানি' ইনাকখুনবশিংগী মচা মশুনি ঐখোয়গী লমগী লাইরবশিংগী মচা-মশুদি মখোঙ শোম্বীদবনঃ চাওবঃ হেল্লরোই, মখোঙ শোম্বীরিবনি হায়তুনা তৌরিবসিনা থাঙজোনা মখোঙ থিনদৎপদগী খুইথখিবনা অয়াম্বনি। ইতাও চাকখাও হাংঙগা শান্নবা য়ারোইকো।

অমুঃ— ইতাওগী রাসি তাবদা ফনচুম মুংঙাই। অতুবু ইতাও তায়নফম লৈতে, হায়নরুরগমু তাবীরোই। নীংদোন পোম্না খাঙবদা তারেদনা।

কাওবাঃ- ঐ য়াম্না শাওনিংই। (তোংজৈ পী) সে অমুক্তা চীংঙু।

(অমুনা তোংজৈতু লৌরগা অমুক অনিরক চীংই, ঙান্থক্তা য়েংই)

অমুঃ— হিদাকসি অমুক্তা ওনাশিদনা।

কাওবাঃ— ওনসি ইতাও। (হৌগৎলি)

অমুঃ— তোকও য়ারে ফম্মো।

কাওবাঃ (ওক্ল) কৈদৌরগে!

অমুঃ— য়ারে ফম্মো। (কাওবা কমথৈ)

চুরুট য়াওরি চুরুট ওইনা থকঅাস। (চুরুট পুথোরকই) সি পায়য়ু। নওনা হানবা হীদাক ঐ থকপা ওম্মরোই ভাব তারবরা।

(চুরুট অমমম চম্মী)

(মৈথু শাংনা কামথোকঅগা) ইভাও, নচানুপা অহলত্থু য়ুম পান্নহনবা য়াত্রিবরা? কুইরেদা ইতাওনা চাক থোংঙক-ইবসে?

কাওবাঃ— উপায় লৈতে ইতাও। ইচানুপা অহুমসিগী মনুংদা কনানো অমত্তদি য়ুম পান্নবা হায়রুববু ইতাও, ঐ অঙাওবা তায়। ঈশ্বর মাস্থু ফৎমন্দেমা, ইচানুপী অমথক্তস্থু য়াও-হনবীরম্মুদনা, মত্থুস্থু নত্তবা।

অমুঃ— মচানুপা অমত্তা য়ুম পাল্লু য়াদ্রবনিনা ইতাওগী ওইনত্থুম লাইবক য়েংঙসিদনা?

কাওবাঃ— ঐস্থু মত্থুম তৌরসিন্না হায়ত্থুনা ফনা য়াম্না খল্লুরবনি। অত্থুদা ইচানুপা ময়ামসিগী মম্মাংদা ইকায়ত্থুনা লৈরবনি।

অমুঃ— ইকাইরিঙৈ ইতাওদি পুজারি হায়দোকওইদৌরি।

কাওবাঃ— নত্তে ইভাও, মহৌশাগী খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী ফিয়োনবীত্থু চাকথেকখ্রেদা, ঙখিদ্রেনে মদো।

অমুঃ— লৈরি। নহান্দস্থু ঙায়োনফমদা থেংনরম্মী। ঐবু উবদা নোকফেৎকা তৌরকইপোৎনি।

কাওবাঃ— মানা নোকফেৎ তৌবত্থুনি ঐনা য়াম্না চাকথেকইসি।

অমুঃ— ইতাও মত্থুত্থুম লাইবক য়েংঙসিরা?

কাওবাঃ— খংদেনে, 'জয় কৃষ্ণ' হায়ত্থুনা পুশিল্লসিরা?

(ইবোহল চংঙকই)

অমুঃ— (মুন্না য়েংঙগা) ইবোহল

ইবোহলঃ— পাবুং।

অমুঃ— নখোয় নপাসে খরদি সুংশিবীয়ুহৈ, নপাসি শিরমদায় য়োরকঅবসিদা নখোয় ময়াম চংত্থুনা হাৎকদৌরিবরা করি-নোমা তৌরে।

ইবোহলঃ— (নোকফেৎ তৌরগা) ঐখোয়না কম্বি তৌরবগেনে?

অমুঃ— নখোয় ময়াম লৈনা লৈনা নপাসি পুজারি ওইহল্লে।

নখোয়না office কী থবক তৌরিবনি হায়দুনা কন্দুনা লৈরে। নপানা নুপীদৌনা চাকখুমশংবী ওইহল্লে। মসিবু চুম্মীবরা? নখোয় ময়াম্না য়ুম পাল্লোয় হায়রগনা চাক্কু নখোয় থোংগু নত্রগা চরা হেল্লু।

ইবোহলঃ— পাবুং রাফমসি তোকসিদা।

অমুঃ— হৈমা। নংবু য়ুম পাল্লরোয় হায়রিবরা? নংবু ফরবস্তু ফত্রবস্তু থবক অমদি তৌরেদনা, মতম চারে। নখোয় ময়ামবু মমা য়াওদনা য়োক্লকপদা রাজরক্লবা নপাবু খরা নুংঙাইনা থম্বীবদি য়ারেদনা। খল্লুনে নংস্তু, নখোয়গীদমক হোৎনরকপদা নপাসি কয়া য়াম্না রাজরক্লবা। হৌজিক্তী অহল ওইরে শিগদবা মতম ঙায়দুনা লৈরবনি হায়বা য়ারে। শিদ্রিডৈদা মমিত্তা মমৌ, মগু উনিংঙমগনি। নখোয়না মতু করিমত্তা খনবীদ্রিবা কল্লিগীনো?

(ইবোহল চংখি, ইবোয়াইমা য়ু ঙাওরি ঙাওরি চংঙকই চৌকিদা ফম্মী)

কাওবাঃ— (ফৈজোম মচিনা মপি তৈথোকই) ইতাও, হায়রম্মু কান্নবোই। ঐনা হায়দৌবমথৈ হায়রবনি, থেম্মবনি, য়াবীদ্রবনি।

অমুঃ— (শাওনা) য়াদে হায়দুনবু হেক্তা য়াবরনে? ঐনা ঙসি লাকইবসি করিগীনো খংঙবরা? নং-ঐ করি হায়নখি? নচা ইচা পীনসি হায়নখিবদু কাউরবরা?

কাওবাঃ— কাউদে ইতাও ঐ কাওদে।

অমুঃ— কাউদ্রগা করিগী তুমিন্না লৈথোকই? হৌজিক্তী ইচানুপী ইবেমপীশক্তু লৈশাবী ফারে, থাজ-য়োঙবা মতম য়োরে। মফম মরাং খংহৌদনা কোক চেন্থোকখিবা থোক্লগা ঐবু হায়নখিবা রা ঙাক্তবা তাহনগে হায়রিবরা? নং-ঐ হায়নখিবা পুন্নমক্তু ফাগীনি হায়গে হায়রগা হায়রো।

কাওবাঃ— ইতাও ঐনা ফাগীনি হায়দেনে।

অমুঃ— ছাযদ্রবদি কৈদৌরিব ? ইতাওনা তৌরিবসি কৈদৌরিবনো হায়রোবা।

ইবোয়াইমাঃ – (মবোল কাযবগ) তুংদা থোক্লগদবব্ হান্নবা ভাবনা শাগৎতুনা ব্রারেপ্পা, মীপুম থৃদি'মকপু ঐনা পান্বতু মখোয়বুস্ম পান্মু মহায়বা, য়াদ্রগনা ব্রারৌগে মহায়বা, হে মীওইবা নখোয়গীদমক ঐদি ব্রাবিদবা ঙমদে।

কাওবাঃ— ইবোয়াইমা।

ইবোয়াইমাঃ— পাবু'।

কাওবাঃ— নো'ঙানবা প'কুই কুইথিদ্রেদা নংবো।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং নোং ঙানবনা করিনো, ঙান্দবনা ববিনো অনিমক মীওইবগী পুন্সিদিনে পাবুং।

কাওবাঃ - লাইবিক হেবা হচা'ন, ঙাংনবদা ইপানা নোপবনি। পামদি পাম্মুগ্রেদা ন'না লাইবিক ওম্মকপদা চ'থিবা পেশাশিংদা।

অমুঃ— ইবোয়াইমা।

ইবোয়াইমাঃ – পাবুং।

অমুঃ— নংবু M.A. নি, য়ু থক্লনা ঙাওশিন্নগদৌ শকক ওজানি খংদে, অমনি খংদে থবক অমত্তাদ তৌশিল্লুদনা।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুংনা তাকপিরিবা ব্রাইশিংমরি মীপুম থৃদি'মক্লা নচা ঐঙোন্দা পানীথিবা পাউতাক। পুন্নমক চপ মান্নে। ঐনা লাইরিক তম্মকপস্ম ঐনা ঙসি হিংলিবা পুন্সিসিংগুম হিংননবা নত্তে। হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি অমগীদমক্লি। ঐ থবক তৌনি'ই, তলব চাবা ওফিসার ওইনি'ই। থবক তৌনিংবা ঙাত্তনা থবক ফংনবগ্নবদি ঙসিগী পৃথিবীদা থবক ফংদবগী সমস্যা লৈবম্মোই। ঐস্ম নীংবা কায়ত্থনা য়ু থকপা মীশক অমস্ম ওইবম্মোই।

কাওবাঃ— ইতাও মাগা ওনশিন্নত্থনা ব্রা ঙাংনবীরুস্ম। মানা লাল্লি থংনা থংনা ইতাওনা অরানবা তাগনি।

অমুঃ— ইচানা হায়রিবসি চুম্বদি চুম্মীনে।

কাওবাঃ— কদায়দগী চুমগদৌরিবনোনে ইতাও। চুমনিংঙায় মরম মুকলৈ লৈতে। চৌকি কম্বগী রাখল থন্নতুনা লাইরিক তম্নবা তারবদি মখোয় মপাদগী চৌকি লৌরুদরা? মতন তন্দুনা থবক শুনিংদ্রগা নীংবা কায়বদা তায়শিনবনি। মরা লৌবা য়াবা নত্তে।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং অনিংববু থুংদ্রবদা নীংবা থুংদবা হায়রোই-দরা? অনিংববু কায়থ্রবদা নীংবা কায়বা কৌরোইদরা?

কাওবাঃ— মতুদি নশানা থবক শুনিংদতুনা কতন লাইচুবনি হায়নিংদদনা নীংবা কায়বদা নামা থোংতুনা নশাগী নরাল কুপশিন্নবা হোৎনবনি।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং খোঞ্জেল মুংশিবা মুপা অমনা চহি ৫ চংনা ঈশৈ তম্মুরগা থোরকপদা পায়জ-মুংথং পায়তুনা উ শুরগা মহৈ চাগনি খনবীবরা?

অমুঃ— ইচা ইবোয়াইমানা হায়রিবসি য়াম্না চুমখ্রবা রানিনে।

কাওবাঃ— মাগা ঙাংনবা ঙমদ্রবনি ইতাও, ঐখোয় য়া কুম-দনঙাক তোকঅবনি।

অমুঃ— ইতাও ঐ য়োরগে। (হৌগৎলি)

কাওবাঃ— ইতাও (হৌগৎলি)

অমুঃ— ঙসি নোংমা নিনিসিদা অসেংবা অমত্তদি ইবাম্নি খংনসি।

কাওবাঃ— ফনি ইতাও। মখোয় অহুমসিগী মন্নুংদা অমদা নত্রগা অমদা শোয়দনবা হোৎনরক্কে।

অমুঃ— ফৈ ইতাও ফৈ। ইবোয়াইমা, ইপা হল্লগে।

ইবোয়াইমাঃ— ফনি পাবুং, নচানা পংঙাং ঙাংত্রে, নচাবু রা-রৌবিন্নু।

অমুঃ— ইচাশিদি করিগী খারৌরুগদগে। ইতাও য়োরে।

( অমু থোকখি )

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং' অমদা নত্রগা অমদা শোয়দনবা হায়ববু করিনো ?

( ইবোতোম্বী থোরকই )

কাওবাঃ— ইচাশা ইপা অহল ওইরে, ঙসি হয়েং খংদ্রবনি। মতমসিফাওবা ঐনা হিংলিবসি করিগীনো নখোয় খংবরা ? শিগনি হায়বসি খংনা খংনা মীওইবনা শিববু কাউথোক্লে। অদুবু ইপাদি নোংমত্তম্ শিববু কাউথোকপা ঙমদ্রবনি। করিগীনো নখোয় খংনিংবরা ? নখোয় ময়ামসে ইপানা নমা য়াওদনা য়োক্লকখিবনি। মমা মপা অনিগী মুংশিবা ইপানা নখোয়দা পুন্না পীদুনা য়োক্লকখিবনিনা নখোয়বু নোংমদি শোয়দনা থাদোক্লমদুনা চংলগদবনিকো খল্লুবদা ইপা থাওবা ঙমদবনি। ইপানা চংখ্রবদা নখোয় ময়ামবু ফাজিন পুনশিনবীবগদবসি কনানো ?

ইৰোয়াইমাঃ — পাবুং পোক্লবদি শিবা তায়, মসি ভাইবংপানবগী চংনবীনি।

কাওবাঃ — চংবীদুদনি ঐনা নখোয়বু য়ুম পান্নু হায়রিবসি। ইপাম্বু চংনবীদুগী রাংমদা লৈবা যারোই, শিখিনি। নখোয়বু চংনবীদুগী রাংমদা লৈগনু, য়ুম পান্দুনা য়ুম লীংনবা তো,

( ইবোহল থোরকই )

ইতাও অম্বগী মচানুপী পোকপদা ইতাওগা নচা ইচা পীনসি হায়নখি। হৌজিক্তি মনুং মতম চারে, হায়নখিবদু পাং-থোকপা য়ারে। কনানো নখোয় অহুমগী মনুংদা নপা ঐগী হায়দোকখ্রবা রা কায়দনবা তেংবাংবীগদবা ?

( কনামত্তা থুমদে লৈথোক্লে )

নখোয় কনামত্তা ইপানা হায়রিবসি তাররোইদরা ? ফৈ ফৈ নখোয় ঐবু মুংশিদ্রবনিকো- ফরে।

( ইমুংদা চংখি, পোৎ-চৈ লংথায়বগী মখোল থোরকই )

(মনুংদগী) ঐগী ইচা লৈজদেয়ে, ঐ ইচা পোক্কেয়ে। করিগীনো

ঐনা হৌজিক ফাওবা হিংলিবসিবো ? হে ঈশ্বর ননাইবু লৌশিনবীরোবা।

ইবোহল ঃ— করিনো ঐখোয় পাবুংনা ঙসি তৌরিসিবো ?

ইবোয়াইমাঃ - তামোসু খরা খন্থবীবা য়াইদা। ভাব তামন্দে।

ইবোহলঃ— ঐবু কেদৌ হায়রিনো ? ঐনা ভাব তাদ্রবসু নখোয়দি তাবা য়াদবরা ?

ইবোতোম্বীঃ— তামোচৌনা অহন্নি, অহনগী থবক হায়বা অমা অঙাংগী থবক হায়বা অমা লৈ।

কাওবাঃ - (মনুংদগী) য়ুমসি য়ানখায়রগে।

(উখোঙদা শিংজংনা য়ানবগী মখোল)

চংখ্রো, কনামত্তা লৈবীরনো ঐগীদি ইচা পোক্তেয়ে।

ইবোয়াইমাঃ— তামোচৌ, হন্দক্কিসিমদি ননাও ময়ামগী য়েংবীহুনা য়াবিরো। নত্রবদি পাবুংদি মথরাই য়াম্না সুংঙাইতনা শিখিবা তারে।

ইবোহলঃ— নখোয়না হায়রিবসি পাবুং অমুগী মচানুপী পীকনাও নপথীথাংহুগা লুহোংঙ্ সিনিনে ? অহুদি নং হেক লৌ।

ইবোয়াইমাঃ— কদায়দগা পীকনাওনোনে, লৈশাবী ডবল ফারবনি। কুহুসু চৌশ্রোক ভৌই, ফজবনা য়েংবা ঙম্বপোৎ নাও।

ইবোহলঃ - নংবু উরবরনে ?

ইবোয়াইমাঃ— হঞ্জিন হাঞ্জন লিশিংলক উরেদা, উদনবু হায়রিবনি। ইতৈমা ওইববু অথিবা ওইনিংবা হৌনবরা ? (ইবোতোম্বীদা) হা করি হায়গে ?

ইবোতোম্বীঃ— মশানা তাবনি। অথিবা মুপিবু ইতৈমনিগা হায়বহুদি মীগী মমাংদা ইকাইজৈয়েবা।

ইবোহলঃ— (হায়ফেৎ খল্লগা) ইবোয়াইমা, ফদি ফজেকো ?

ইবোয়াইমাঃ— মীনা ফজে হায়রগা, থাজদ্রগা য়েংঙ্চো। ঐখোয়বু হেক্তা হায়জিনবা মীদৌনা।

ইবোহল:— করে নখোয়না হায়রিবসে ঐ য়ারগে পাবুংসি অমুক্তা থাম্মু।

ইবোয়াইমা:— (লাওনা) পাবুং, হো পাবুং।

কাওবা:— ( মন্নুংদগী ) কোরকন্নু, ঐদি ইচা পোক্তেয়ে। ঐগী ইচা লৈজদেয়ে।

ইবোয়াইমা:— ঐখোয় তামোচৌ লুহোংবা হায়বন্থ য়ারে।

কাওবা:— (মন্নুংদগী) করি ?

ইবোয়াইমা:— য়ারে।

(কাওবা শিংজং অমা পায়দুনা থোরকই)

কাওবা:— য়াবা হায়ববু করিনো ?

(ইবোহল থোকখি)

ইবোয়াইমা:— পাবুং অমুগী মচানুপিগা লুহোংবা হায়বদো ঐখোয় তামোচা য়ারে।

কাওবা:— ( হরাওনা ) য়ারবা। ইবোহল, কদায় ইবোহলদি, ইপা পেল্লে, ইপা নুংঙাইরে।

(ইবোতোম্বীদা শিংজং পী)

সে থমজিল্লু, নং চাক্কু খন্না থোংঙম্মু, ইপা ইতাও অমুগীদা চংলুখিগে।

(ইমুংদা চংখি, ফুরিৎ অমা পায়রগা থোরকই, লিৎশিন লিৎশিন্না থোকখি )

ইবোতোম্বী:— বোল শান্নরুবগী রাদনা লোয়রবা ঐঙোন্দা চাক থোংঙু—সৈত্যা ঈ কায়হে।

ইবোয়াইমা:— রারুরন্থ ঐখোয় তামোচৌ লুহোংঙনিদনা, রানিংঙাই লৈতে, খুত্তা হাম্মগা চারগদবনি।

ইবোতোম্বী:— তামোয়াইমাবু তশেংনা নুপিন্থবু মশক উরবরা ?

ইবোয়াইমা:— তাইবংদদি লাইরদনা মংদফাওবা উদ্রি।

ইবোতোম্বী:— মশক থীরম্মবদি কমদৌবা ? তামোচৌনা লান তৌরকনিনে।

ইবোয়াইমাঃ— লুহোংবত্থু ঐ য়াওররোই, মুপিত্থু ফজে ফজদে পাউ অমত্তংদি হায়রোলাও।

ইবোতোম্বীঃ— মশক থীরম্মবদি লাঞ্জাও অমদি থোকনিহৈ তা- মোয়াই। ঐখোয় তামোয়াইনা চহি অমুক য়াম্মফাওবা খাংঙকইবসি মশক ফজবা পাম্বদগীনি। খল্ল খল্লগা য়োং মাল্লি হায়নৈ, মুপীত্থু মশক ফজরমগদবা মানশিল্লক্রে। ইচে সনাতোম্বীদগী হেন্না ফজরমদ্রবদি লুহোংবা শোয়দনা কায়গনি।

ইবোয়াইমাঃ— করিগীনো ঐখোয় পাবুংনা সনাতোম্বীবু অমুক য়াম্না য়াদ্রিসিবো? ঐ অমা হন্দক্কি লুহোংবসি য়াওবগী ৱা লৈতে। ঐ চৎলে।

(থোকখি)

ইবোতোম্বীঃ— মসিনা য়ু থকচিল্লগা অমুক চংঙক্কনি।

(লাওনা) য়ু ভাওরগদি চংঙক্কনুকো।

ঐবু হৌজিকপু চাক থোংখিদরনে?

(শীংজং পুত্থনা ইমুংদা চংখি সনাতোম্বী চংঙকই)

সনাতোম্বীঃ— কনা কনা লৈবগে? ইবোতোম্বী, হো ইবোতোম্বী।

ইবোতোম্বীঃ— (মন্নুংদগী) হো কনানো? মী লৈতেয়ে।

সনাতোম্বীঃ— খুম্মকইবা নং কনানো? থোরকউলাও ৱা হংগে।

ইবোতোম্বীঃ— (মন্নুংদগী) কনানো নৱা লৌদে লেংঙো।

সনাতোম্বীঃ— থোরকউলাও ৱা অমত্তা হংগে।

(ইবোতোম্বী খুদৈ শেৎলগা সনাবুন পায়রগা থোরকই)

কৈদৌদোয়নো নংবো? নংবু ঈরুজরবরা?

ইবোতোম্বীঃ— নংদৌনা ঈরুজদবা মী মানবরা? বোল শান্নরুবা হল্লকপদা ভসাইনা লুরবনি খংঙবরা? মুংশিদে হঙ্গোক- উসে।

সনাতোম্বীঃ— নচত্তু ননিনহে পুজারি ওইরিদো।

ইবোতোম্বীঃ— অত্থু ওইরগা থোংবীরোলাওদনা।

সনাতোম্বীঃ মীগী পুজারি ওইগদবা মী মানবরা ঐবো ?

ইবোতোম্বীঃ— মান্দে, নহুম পানবসু ফংগরোইদবা নংনবু। মীনা চাক থোংঙমদায়দা অওৎ-পা শারস্নু।

(চংখিগে তৌই)

সনাতোম্বীঃ— হায় অঙাং নপা লৈবরনে ?

ইবোতোম্বীঃ - খংদে ইমুংদা হংঙু। (থোকখি)

সনাতোম্বীঃ – নং হন্দা হল্লকখো খংগনিদনা।

(মোরা চিংথোকঅগা ফম্মী, ইবোতোম্বী ঈশিং পুত্থনা চংঙকই)

খুরাহু কদায় চৎকনি হায়রম্মী ?

ইবোতোম্বীঃ— (সনাবুন থম্মগা) করিগীনো ইচে সনাতোম্বীনা ঐখোয় পাবুং চথোকখ্রে খংনা খংনা ঐখোয় পাবুং হংঙিবসি। ঐখোয় পাবুং লৈবিউদদি নোংমত্তা লাকওই, পাবুং হল্লকঅমদায়দদি হৌদনা অমুক চেনখিনিনে। লেংঙো চাক থোংঙমদায়সিদা Disturb তৌররনু। সনাবুন পায়রগা চংখি)

সনাতোম্বীঃ— (লাওনা) নং ইচেমগী বরদগী নপুন্সিচুম্না পুজারি ওইহনা লেপ্লোকো।

ইবোতোম্বীঃ— (মনুংদগী) ওইবীবদি হায়রুনু, হয়েংদা ঙায়রে ঐখোয় তামোচৌ লুহোংগদবা।

সনাতোম্বীঃ— (শকফম হঙ্গিন্না) ইবোতোম্বী অমুক্তা থোরকখো লাকখো।

ইবোতোম্বীঃ — হো ইবেম্মা থোরকপা শংদ্রে।

সনাতোম্বীঃ— নখোয় তামোচৌনা লুহোংগদৌরিবা হুপিহু কদায়রাইদগীনো ? করি মমিং কৌই ?

ইবোতোম্বীঃ— (মনুংদগী) করিগীনো ? লুহোংবা থুগায়গেরা ?

(ইবোয়াইমা য়ু ঙাওরি ঙাওরি চংঙকই)

সনাতোম্বীঃ—ইবোতোম্বী ফাগী নত্তে মমিং করি কৌগে অমুক্তা হায়রকউ।

ইবোয়াইমাঃ — কনাগী মমিংনো হংঙিদো?

সনাতোম্বীঃ— নখোয় তামোচৌগা লুহোংগদৌরিবা মুপিতুগী মমিংনি।

ইবোয়াইমাঃ-ও ইবেম্পিশক কৌবনি। ফজখ্রপোৎনি, কুচুনা চিত্রবোৎ- মুক ভোই, অতুবু ঐদি উদ্রি। ফজমন্দনা রা থোকদৌরিপোৎনি।

সনাতোম্বীঃ— লুহোংবতু নখোয় তামোচৌনবু য়ারবরা?

ইবোয়াইমাঃ – why not, করিগীনো অতুক কোশনা হংঙিবদি?

সনাতোম্বীঃ- মথম নৈদনা হংঙিবনি।

ইবোয়াইমাঃ – করি মরম? ইচে সনাতোম্বীনা ঐখোয় তামোচৌ লুহোংবগী মরমদা খংনিংঙিবা হংনিংঙিবা মরমতু করি মরমনো?

সনাতোম্বীঃ— য়াম্না লুবা মরমনি, হায়দোকপা য়াদে।

ইবোয়াইমাঃ-মী অমনা মী অমদা হায়দোকপা য়াদবা মরমতুদি অফবা ওইরম্মোই ফত্তবা মরমতুদি ঐসু তানিংদে।( হকাম চল্লি, ) ঐ ভায়হাক্তা তুম্মুখিগে, Bye (মথুং হায়রগা চংখিগে তৌই)

সনাতোম্বীঃ— (শাওনা) ইবোয়াইমা, নংগীতু ঐভোন্দা করেম্নরিবরা?

ইবোয়াইমাঃ— No করেম্নবা নত্তে। মশানা মরাল লৈরবা মী· ওইশিংদি কনাগুম্বা অমনা অফববু ওইরবসু ফত্তবরু ওই- রবসু করিগুম্বা অমত্তং হায়রকপদা ফজনা খন্দোকপা ইঙম ঙম্নদবনি। ঐগী রাসি চুমদ্রনে?

সনাতোম্বীঃ নংনা ঐবু উশিত্তবগী রানিনে?

ইবোয়াইমাঃ – নত্তে।

সনাতোম্বীঃ- করি নত্তনি।

ইবোয়াইমাঃ-ঐবু লান্না লৌগনু। ঐনদি ইচেবু লান্না লৌদ্রগা ইচেনা ঐবু লান্না লৌবীবতুদি হৌনদে। তাবীয়ু, ঐনা য়াম্না শাওরবা, অতু ওইরবদি মীনা ভাংঙকপা খুদিংমক তাবদা শাওনিংগনি। হরাওরবদি মীনা ভাংঙকপা খুদিংমক মতু মুংঙাইগনি। ঐনা ইচম চম্না হায়জবদা ইচেনা করেম্নবা ওইনা লৌবীরিবসিনদি ইচে-

না করিগুম্বা থরদা মরাল লৈরে তাকপনি। মন্থু ইচেনা ইচেগী অপঙবা উথোকচবনি।

সনাতোম্বীঃ— ঱া ঙাংবগদি হৈরেনে M.A. নিনা। য়ু-ঙাওবা নংনা ঙাংবা ঙাক্তনা চুম্মী সিনিনে?

ইবোয়াইমাঃ— ঐনা ঙাংবা ঙাক্তনা চুম্মীদি ঐদি হায়খিদ্রি। অদুগা অচুম্বা হায়বসিমদি মতম খুদিংমক্তা চুমহনা ঙাক লৈগনি হায়বসিমদি নিংশিংবীয়ু। ঐনা চুম্মীবসি অচুম্বা ঙাংবদগীনি। অদুগা ইচেনা ঐবু য়ু ঙাওবনি হায়বিরিবদো মতমদি হায়বীগন্নু। চুম্মী, ঐ য়ু থকই। অদুবু ঙাওবদি নত্তে। ঐনা য়ু থকপনি, য়ুনা ঐবু থকখিবদি নত্তে।

সনাতোম্বীঃ— ঙাওদেদা কনানা ঙাওই হায়রিনোনে? য়ু ঙাওবা হায়বসিদি অচুম্বদা ঙাংবনি।

ইবোয়াইমাঃ -- অদুগা মসিমগা খংজিনবীয়ু, ইবোয়াইমাদি মীনা থাগৎলগা হরাওবা, চৈরগা শাওবা মীওইদুদি নত্তে।

(ইবোতোম্বী থোরকই)

ইবোতোম্বীঃ— হৌজিকফাওবা লৈরম্মীনে।

সনাহনবীঃ— লৈরম্মগা কৈদৌরে নঙোন্দা চীকঅবরা?

ইবোতোম্বীঃ— চীকঅবগী ঱া নত্তে, য়ুমসিদবু নমান্নবী কনা লৈবগে? কনাগনো নংনা উন্নবা লাকইসিবো?

সনাতোম্বীঃ— খুরাগা উন্নগে।

ইবোতোম্বীঃ— খুরা হায়দি?

সনাতোম্বীঃ— নখোয় নপাদো, ভাব তারবরা?

ইবোতোম্বীঃ— ঐখোয় পাবুংগা করি ঱ারি শাদৌরিবা?

(লাপতক য়েংঙগা) তু ঐখোয় পাবুং লাকএসে, শানরো শানরো।

সনাতোম্বীঃ— (পাখৎনা) মাংঙেদনা ঐ কদোম চৎকনি? শম্বল লীংখ্রগে। (চেম্থোকখি)

(ইবোতোম্বী, ইবোয়াইবা নোক্তুনা লৈহৌই।)

মৈ মুংলি।

# অনিশুবা উৎপা

মফম :—হান্নগী অতুমক

মতম : -ন্নুংথিল ন্নুমিদাংব্রাইরম।

ইবেমপিশক ঈশিং সনাবুন অমা পুত্থনা চংঙকঅগা ইমুংদা চংখি। অমুক থোরকঅগা ফক হুগৎলি, চায়রিবা লোয়শিল্লি।

অঙোবা:—( মনুংদগী ) ইবেম্মা করিগুম্বা অমত্তা হংগে।

ইবেমপিশক:— করি ওইবীরবনো ?

অঙোবা: —( মনুংদগী ) ঐখোয়গী বন্ধুবু লৈতবর ?

ইবেমপিশক: —( ঙক্লা ) বন্ধু হায়ববু কনাবুনো ?

অঙোবা:— ঐখোয়গী বন্ধু কাওববুনি !

ইবেমপিশক: — ও ও ঐখোয় পাবুংদি চখোকখি। বন্ধু হায়বত্থদা ঐদি ...

অঙোবা:— ঐখোয় অনি বন্ধু বন্ধু কৌনৈ, অত্থননি — কয়াম কুইরে চখোকখিবা ইবেম্মা ?

ইবেমপিশক:— ফনদি কুইখ্রে। ( মোরা থারগা ) সোমদা লেংখৎপিরকউ।

( অঙোবা চংঙকই )

অঙোবা:— ঐ ঙাইহাক্তং ঙায়রগা য়েংঙগে। ( ফম্মি ) আ ইবেম্মবু কনানো ?

ইবেমপিশকঃ— ঐ য়ুমসিগী মৌনি।

অঙোবাঃ— ইবোহলগী?

ইবেমপিশকঃ — অহোয় মান্নি।

অঙোবাঃ— (ৱারৌরপ) বন্ধুত্তুস্থু মমৌ থীবা ফাওবা ঐঙোন্দা তাক্লকখিদ্রবা ৱা ওইৱে।

ইবেমপিশকঃ— মী পংয়াম য়ামদনা তহা তহা লোয়শিনখিবননি।

অঙোবাঃ— নংস্থু নকুগী মীচং চংঙেদনা।

(ইবোয়াইমা মশম মনা ইফা ফানা চংঙকই)

(ওক্লা) নংবু ইবোয়াইমা নত্রনে?

ইবোয়াইমাঃ— মান্নি পাবুং।

(ইবেমপিশক চংখি)

অঙোবাঃ— করিনো নংনা তৌরিসিনা, অঙাও অফৈদৌনা?

(ইবোয়াইমা চৌকিদা ফম্মী, তুমিন্না লৈ)

ইবোয়াইমা।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং।

অঙোবাঃ— করিনো নংনা তৌরিসিবো?

ইবোয়াইমাঃ— করিস্থু তৌদে পাবুং।

অঙোবাঃ— নংবু লাইরিকস্থু ফনা য়াম্না তম্মুরগুম তৌবদায়নে নংবু ঙাওরবরা? মী অমা ওইরগা মীগী ৱাখল খনবা ঙমদবসিবু ইকাইদরনে? নকোই-ও নৱাং-ও নশম ননা ইফা ফারদনা ইপা য়েংনিংদেকো।

ইবোয়াইমাঃ— ৱাখল খন্থরুবনা ঐবু ৱাহনখিবনি পাবুং। তাইবংপানবসিদা ফত্তববু কনানা ওইনিংবগেনে? ঐনা লাইরিক হৈরমদ্রবা ঙসিগী ঐ ওইরম্মোই। ঙসিগী ঐগী ওইরিবা পুন্সিসি ওইগে হায়ত্নুনা ওইখিবস্থু নত্তে, ওইস্থু ওইনিংখিদে।

অঙোবাঃ— অহুদি করিগী ওইরিবা?

ইবোয়াইমাঃ— ওইহনখিবনি।

অঙোবাঃ—কনানা?

ইবোয়াইমাঃ— ওসিগী সমাজনা, ওসিগী সরকারনা।

অঙৌবাঃ— ঙাওবনা নংনা ঙাওরগা তায়নবনা অতোপ্পদা, মতুবু জ্ঞান তারবা মীওই অমগী অচুম্বা য়াখল্লনে?

ইবোয়াইমাঃ— ইনাকখুনবা মীনা নোংময় নোংমগী ইনাকখুনবা হেনগৎলক্লিবা, লাইরবা মীনা নোংমগী চরা তানবা য়াশিল্লক্লিবা, সরকারগী অশোয়বা থৌশিল নত্তে হায়গদৌরিবরা? থবক ফংদবা লাইরিক হৈবা নহারোল কয়ানা মখুত্তা খুৎলায় পায়খৎলক্লিবা লৈবাক য়ায়েল চুম্বগীরা? হুরানবা ফাননবা থম্বা থানানা হুরানবা য়াওরিবা, অচুম্বা বীচার তৌননবা থম্বা বীচারপটিনা পৈশাগী ময়াইনা অরানবগী মীচং চংলিবা, অশোনববু অকনবনা তুহৎপিরিবা, লাইরবগী মখয়াত্তগী চাক চথোম ফাওবা, ইনাক খুনবশিংনা কোখোক্লুনা মুল্লফাওবদা তুমিন্না য়েংহুনা লৈথোকপা—মসিবুরা জ্ঞানগী লম্বী লৌশিংগী থাউমৈ হায়নরিবদো? লৌ মপুবু য়োংনা তাল্লবদা, য়ুমদাংবনা কৈনারবদা ইবোয়াইমানা য়ু থকওইদবগী মরম কদায়দনো?

অঙৌবাঃ— ইবোয়াইমা, নংনা ঙাওবসি ইপাদি ওন্থোক্লা পাম্মুখ্রেদা।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং ইবোয়াইমা ঙাওবা নত্তে। মীওইবগী অৱাবা খাংবগী অরোইবা পংথৈ অমথক লৈ। পংথৈতুগী য়াংমা লাল্লবা মীওইশিংবু মীয়াম্না অঙাওবগুম উনৈ, খল্লৈ, পংথৈ-তুগী য়াংমা লাল্লবা মীওই মরক্লুদা ইবোয়াইমাস্থ অমনি।

অঙৌবাঃ— নংনা করি তৌহুনা য়ারিবা?

ইবোয়াইমাঃ— থবক শুবগী অৱাবত্থ নত্তে। ইশানা থবক ফংদবগী লুংঙাইতবস্থ নত্তে। ঐগীদি শিখিবস্থ য়াই, ঐগী অৱাবস্থ ঐ শিখ্রগা লোয়রে। অতুবু—

অঙৌবাঃ— অতুবু করি??

ইবোয়াইমাঃ— ঐনা ঐ ওইবা তোল্লবা ঐ কদায়দনো?

অঙৌবাঃ— (ওক্লা) ইবোয়াইমা ইপাবু ভাব অমুক্তা তাহল্লু।

ইবোয়াইমাঃ— ঐনা ঐ ওইবা তোল্লবা, ঐগী য়ুম্না মীগী

ওইখ্রবা, ঐগী ইংখোলস্থ ঐগী ওইবা ফংদ্রবা, ইখুৎনা থাজবা মনা মশিং ঐনা চাজবা ফংদ্রবদা ঐ করি ওইরি? ঐদি চৎখিবা য়াই, ঐগুম্বা কয়া লাকখিদৌরি, অতুবু লাকদৌরিবা মখোয়গী মশক মাংখ্রবদা, মখোয়গী লৈফম লৈত্রবদা, মখোয় কদায়দনো? মখোয়গীদমক খল্লুবদা ব্লাজবদা মওায়রে লৈফম শেম্বীরম্বদি ওমলোয়দৌরে। মসি পুম্নমকসি কনানা থোকহনবনো পাবুংবু হায়বীবা ওম্বীবরা?

ঐগী ইমাদো লাইরবীনি, অমোৎ অকায়না লৈতেংই হায়তুনা মীরাইখোল্লগা মীগী ইনাকথুনবী মমাতুদা অশেংবা ইমা শাতুনা ইমা কো হায়রিবরা? নত্তে ঐ য়ানিংদে। লাইররবী ইমাগীস্থ মচা ঐখোয় লৈরি। ইমা (কপ্পী) ইমাগী কংলবা হকচাংদগী খোল্লাং অমৃত খোবোম থল্লা থকুনা চাওরক্লবা নচা ঐখোয় লৈরি। ইমাবু মচেং শেতুনা চাবা কনাগীস্থ মতিক লৈতে। লাকসনু হৌংচা য়াইতম্বা কয়া, শামু পাঙ্গল্লবা নচা ময়ামগী মমাংদা ইমাগী তুবুম নাম্বা শোক্লগদবা মীদি তাইবংপানবসিদা মমি তমদ্রি।

(ইবোয়াইমা কপ্পা কপ্পা চংখি)

অঙৌবাঃ— (মতোমতা) পাম্মুহুদা, তম্বা ওমদে তাইবং মীওইবা। ওরাংনা করি? হয়েংনা করি? চুম্মী চুম্মী ইচানা হায়বা।

(কাওবা চংঙকই)

কাওবাঃ— কয়াম কুইরে বন্ধু? ওন্থোক্লা থাজদনা — (ফক্তা ফম্মী অঙৌবদা মুন্না য়েংই) কৈদৌরগে তৌরিতুবু বন্ধু?

অঙৌবাঃ— এ! বন্ধু, ঐ বন্ধুখোয়গীসিদা মওলাক্লখদৌনা তৌরে। বন্ধু ঐগীসি মংদি নত্তেকো?

কাওবাঃ— করিনোনে বন্ধুনা হায়বীরিসিবো? বন্ধুবু করি তৌরবাগে?

অঙৌবাঃ— থোক্লকপা থৌদোক খুদিংমক থাজদবা ওাক্তা, থাজরুবা খুদিংমক্লা ওন্নতৈনবা ওাক্তা।

কাওবাঃ - কৈদৌরগেমী বন্ধু নংবো?

অঙোবাঃ— তোক্লসি বন্ধু। নংনা নমৌ থীবা কাওবা তাক্লক্রিবনা করিগী ? মং ঐঙোন্দা করি মুংঙাহৃভবা লৈ ?

কাওবাঃ— মতুমদি বন্ধু ঐ তশেংনা লাল্লবনি, ঐবু ঙাকপিয়ু।

অঙোবাঃ—লাল্লে ঙাকপিয়ু হায়নরগবু য়ানরবদি লানগে হায়দুনা লানবা পীক থম্না য়াওনরকঅনি। নমৌদুদি ফবরা কমদোঙ্ক।

কাওবাঃ— ফৈবো, ইমোনেনা থাগৎপগী রাদি নত্তে। ফবু ফরবদি ফৈ হায়সি ঙায়রে।

অঙোবাঃ— করি লমদগীনো ?

কাওবাঃ— হেরা বন্ধু, ইতাও অমুগী মচানুপিছুনিনে।

অঙোবাঃ— ইহে হে ঐ ভাব তারে। নখোয়গী মহৌশা হায়নখিবহু কাউনরমদ্রিবা রা ওইরে। নত্তে বন্ধুসু, অমুসু নখোয় কনামত্তনা ঐঙোন্দা পাউ তাক্লকত্রিবা, বার্ত্তন তৌরক্ত্রীববু ঐঙোন্দা করি মুংঙাহৃতবা লৈবগে ? অমনা নত্রগা অমননি তাক্লকপা য়াইদনা।

কাওবাঃ— ইতাও অগুনা তাক্লক্তবগীদি খংদে, বন্ধু ঐমক্তি তশেংনা লাল্লে হায়জরিসিনি।

( ইবোয়াইমা ইমুংদগী থোরকই, মপাল্লোমদা থোকখি। অঙোবনা ইবোয়াইমাদা য়েংহৌই )

অঙোবাঃ— বন্ধু ইবোয়াইমাসি পাম্মুখ্রেদা, মাবু তশেংনা ঙাওরবরা ? ( হৌগৎলি )

কাওবাঃ— বন্ধু ঐ খংদে. মাগী মরমদা করিমত্তা হংবীরকম্নু ঙাওরিবরা ফৈরিবরা ঐ ভাব তাদে। লেংঙদয়া ?

অঙোবাঃ— ( কোয়য়েং য়েংঙগা ) বীধুমুখিখোয়দা অমুক্তা চংমিন্নরুসি।

কাওবাঃ— ( শোম্থাংননা ) ঐ থোঙালদা লৈহৌগেকো।

(অঙোবা কাওবা থোকমিন্নখি। ইবেমপিশক ঈশিং পুরগা থোরকই। লাই ধুপ কংফম রাই তৈ, ইমুংদা চংখি, ধুপ-থাউমৈ পুহুনা থোরকই, কংলি।

ইবোহল সাইকল ইন্দুনা চংঙকই, সাইকলদু ইবেম-পিশক্না লৌরগা ইমুংদা ইনশিনখি। ইবোহল চৌকিদা ফম্মী, খোংউপ লৌথোকই, ইবেমপিশক খুদৈগা হরাই চপ্পল অমগা পুত্থনা থোরকই। হরাই চপ্পল তোংশিল্লি।)

ইবেমপিশকঃ— করিগীনো অস্তুক য়াম্না থেংবীরকইসিবো? office ছুটিসিবু পুং ৪-৩০ দা নত্রনে? পুং ৬ তারফাওবা কদায়দা লৈবিরুবগে?

ইবোহলঃ— (খুদৈ লৌরগা) মুপী কোয়রুই।

ইবেমপিশকঃ— কোয়দা কোয়রমগনিয়ে, মশানা তৌদনা মীনা ঙাংনবা হৌনদে।

ইবোহলঃ— মীনা করি ঙাংনরিবা?

ইবেমপিশকঃ- ঙাংনবা হায়ববু নশানা খংইদুনি।

ইবোহলঃ— ঐদি খংদে। মীনা করিবু হায়নবগে হায়রোবা নংনা নচিন থীদুনা পংঙাং ঙাংবদি তৌগন্নু।

ইবেমপিশকঃ— সনাতোম্বীখোয়দা হেক হেক চংঙি হায়নৈ। অদুক য়াম্না রানা কোয়গদৌ শরুক য়ুমদা পুশিল্লকপা য়াদবরা?

ইবোহলঃ— করিনো নংনা ঙাংঙৌদুবো? মীনা ঙাংনবা ঙাক্তা লৌরবদি ন'দি হিংববু ঙম্মরোইনে।

ইবেমপিশকঃ— মীনা ঙাংনবগী রা ঙাক্তা নত্তেসে। অদুক য়াম্না পামজরবদি য়ুমদা পুশিল্লকও হায়বনি। সি হায়ববু করি কায়বগে?

ইবোহলঃ - ইবেমপিশক নথৌতুম তৌরু রারেম ঙাংগন্নু তানিংদে।

ইবেমপিশকঃ— তানিংঙোই, ঐখোয়না ঙাংবদি কদায়দগী তা-নিংগনি, সনাতোম্বীনা ঙাংবা ওইরবদি, তানিংগদবনি।

ইবোহলঃ— নংগীসি ঐঙোন্দা খংনবা হৌরিবরা?

ইবেমপিশকঃ— মীসি অশেংবা হায়রবদি শাগুনবোরে।

ইবোহলঃ— মরাল লৈতবা মীদা মরাল পিশিনবদা হরাওগদবা

মী লৈরম্বা হৌনদে। নথৌদুম তৌরু, মীরা ভাংনবা তারুন্নু য়াওরুন্নু খংঙবরা?

ইবেমপিশকঃ— মীরা ভাংনবা য়াওরুবগী রা নত্তে। অদুক য়াম্না রানা কোয়রুগদবগী শরুক য়ুমদা পুশিন্দুনা থম্মীরো হায়বসিবু করাম কায়রবগে? অশেংবনি ঐগীসি, শাওহুনগা হায়বা নত্তে।

ইবোহলঃ— (নোক্লগা) ইবেমপিশক চীন্দনা শাওদে মহায়বা পুশিল্লকঅগনা ননাতোন্দু লাওথোক্লুনা লিলদৌনা কাম্মক-কনিদো।

ইবেমপিশকঃ— কামজরোই কামজরোই, ঐবু অদুক হাক্না কল্লক মীহৌ চাওরমগদবা মী মানবরা? পুশিঙ্গরকউ হায়রিসিনি। পরপ পরপ পুশিল্লকউ ঐ খরা পোত্থানবা।

ইবোহলঃ— নংনদি মদু হায়রিবা— মথম্মোইদদি মুংভাইত্রিবছু ঐ খংঙোই সিনিনে?

ইবেমপিশকঃ— ঐগীদি মুংভাইতবা লৈতে। রাই শংগে হায়বনি, পুশিল্লকউ বেরা লৈতে।

ইবোহলঃ - পুশিল্লকঅগা নং থাকপীগেরা?

ইবেমপিশকঃ— অদুবু ঐনা থাকফম থোকপরা?

ইবোহলঃ— ঐগীদি থারুবা পৈশা লৈতেয়ে। নংনা পুশিল্লকউ হায়বনিনা নংনা থাকপা ভাবা।

ইবেমপীশকঃ— কোয়দি কোয়রিবোরে।

ইবোহলঃ— কোয়বগী রা নত্তেনে, ননা পুশিল্লকউ হায়বদুদা হায়বগী রানি।

ইবেমপিশকঃ— কোয়দ্রগবু পুশিল্লকপা য়াবা হৌনদেদা।

ইবোহলঃ— ইহে, মানা ভাব অমরোমদা পুথ্রবনিনে— ঐনা হায়বদি ... ....

ইবেমশিকঃ— খংজরে ইবুংঙো খংজরে। (থোকখি)

ইবোহলঃ— লাকখোনে, ইবেমপিশক, ইবেমপিশক, লাকখো ঐ রা হায়খিগেনে, হল্লকখো লাক্কখোমী নংবো।

ইবেমপিশকঃ— (চংলক্লগা) করি ৱানো ?

ইবোহলঃ— ফরে, করিগুম্বা ঐনা পুশিল্লকঅবা, নং য়ুমসি থা-
দোক্তুনা চংখিবদি য়ারোই। ভাব তারবরা ?

ইবেমপিশকঃ— চংখিনি, কৈদৌবৈ চংলোয়দৌরিবা ?

ইবোহলঃ— ঐনা হায়রিবসিনি, চংখিবা সুকয়া য়ারোই।

ইবেমপিশকঃ— ঐ মীঙোন্দা য়েংপা সুকপাম পামজদে। নখোয়
মুংঙাইনা লৈজহৌ, ঐনা চংখ্রগা নখোয়দা করি মাংবগে ?

ইবোহলঃ— অতুনরা কল্লক মীহৌ য়াম্না চাওবা মী মানবরা
হায়খিবদো ?

ইবেমপিশকঃ— অতুনবু য়েংচরোই চংখিগে হায়রিবনি।

ইবোহলঃ— অতু আদা খংদে চংখিবা সুকয়া য়ারোই।

ইবেমপিশকঃ - চংখিনি।

ইবোহলঃ - য়ারোই।

ইবেমপিশকঃ - চংখিনি।

ইবোহলঃ— য়ারোই।

ইবেমপিশকঃ— চংখিনি।

ইবোহলঃ— চংলো অতুদি হৌজিকমক চংলো।

ইবেমপিশকঃ— চংলোয়, নংনা চংলো হায়রগা হেক্তো চংকদ্রা ?
সুকচং চংলোয়।

ইবোহলঃ— চংলো, চত্তবা য়ারোই হায়রিসিনি।

ইবেমপিশকঃ— চংলোয়, ঐস্সু চংলোয় হায়রিবসিনি।

ইবোহলঃ— (লাওনা) চংলো।

কাওবাঃ— (চংলক্লগা) ইবোহর্ল, করিগীনো নংনা ইমৌ তাল্লি-
বদি ? ইমৌনা নঙোন্দা করি লাল্লি ? মরালতু হায়য়ু ইপা
তাগে।

(ইবেমপীশক, ইবোহল ইকাইনত্থনা লৈথোক্লে)

তৌম্নু তৌম্নু, ইমৌ তানবা য়ারোইকো। মতুংদা নংনা
অমুক ইমৌসি তাল্লবা, নং ইপাবু ফত্তে হায়গন্নু। ইমৌ

নংমু ইবোহলনা চৎলো হায়তুনা হেক্তা চৎখিবা য়ারোইকো। নখোয় অঙাং অমত্তা নংনত্রবনি। ভাব খরা খরা তানবা কৈ। নত্তে নখোয় অনিনা খৎনরিসিবু করি রাহৌগীনো?

(ইবোহল থোকখি)

কদায়দনো নংনা চৎলিবতুনা? কদায়দনোমী? (ইবেমপিশক্তা) মুপিমচা করি রাহৌগীনোনে?

(ইবেমপিশক হাথু হাথু ইবোহলগী খোংউপ পুতুনা চংখি)

(মতোমত্তা) করিনোনে তৌরিসিবো, ঐনা ভাব কমনপ্রবরনে?

( থোকখি )

( ইবোতোম্বী চংঙকই )

ইবোতোম্বীঃ— ইতৈমা, ইতৈমা।

(ইবেমপিশক থোরকই)

ইবেমপিশকঃ— কৈদৌরগে?

ইবোতোম্বীঃ— ঐখোয় তামোচৌসি খরা ফাজিল্লু, নত্রবদি মমৈদা ইতৈমা রাজনি।

ইবেমপীশকঃ— কৈদৌরগেনে?

ইবোতোম্বীঃ— হনুথংদা পাখংমচাগা শারদনা সিনেমাগা য়েংমিন্নরদনা, মিৎ-নাই, তল্লি। হায়বীদে হায়জনু।

ইবেমপিশকঃ - কনাগা য়েংমিন্নরিবা?

ইবোতোম্বীঃ— কনাগা ঙইনেগে?

ইবেমপিশকঃ— য়েংজসমুদা, অদুবু কৈদৌয়েগে। ঙস্তানা হমুদনবা তৌজরিনি।

ইবোতোম্বীঃ— ইতৈমনবু য়ারবদি কৈদা, ঐগীবুদি দরকার লৈতে। ঐগীদি ইতৈমা অনি শুরবদি রানিংঙাই শুকলৈ লৈতে, ফনতুম মুংঙাইনি। খরা থুনা পুশিল্লরুবা ইনশিনবীয়ু।

( ইবোয়াইমা চংলকই )

ইবেমপিশকঃ— ঐনা থীংঙগবু য়ারবদি থিংগেনে, য়ারোইয়ে। থীংঙগা য়ারোইদবা থবক্কুদা ইতৈমনা থীংঙুরগা করি কান্ন-নি? খৎনরগদা তোক্কনি।

ইবোয়াইমাঃ – That's right, চুম্মী মীগী অপাম্বদা থীংবা হায়বসিনা মীনা পাম্মীবত্থুদা হেন্না পামশিন্নবগী মরম ওই-রকই। উহনিন্নংদবা থবক, তাহন্নিংদবা ব্রা হেন্না য়েংনিংই, তানিংই। মীগী অপাম্বদা অথীংবা পীবা ইনশিনবগা অম-হানি।

ইবোতোম্বীঃ— তামোয়াইমানা হায়রিসিদি তৌহন্নিংদবা থবক্কু থিংঙুরগা হেন্না পামথিনি হায়তুনা থীংদবা ত্তারেনে। ইন-শিল্লু হায়বগী ব্রানিনে।

ইবোয়াইমাঃ— ফুনবদা খাম্বীনবা মী লৈবগা হেন্না ইচং থৌরক-পনি, ভাব তাউ।

ইবোতোম্বীঃ— হোই, হোই, ইনশিনবীয়ু থীংবীরুন্নু। মানা মানা থোকপা তোনবীরো, ঐদি করিস্মু য়াওজররোইয়ে।

ইবোয়াইমাঃ— ইবোতোম্বী, নং অঙাংনি পঙডি।

ইবোতোম্বীঃ— পঙডি, ঐ অপঙবা অঙাংনি।

ইবোয়াইমাঃ— নং অঙাংনি, পঙডি হায়রগা নংনা শাওব্রি, শাও-ব্রিবা নং অপঙবনি। নংস্মু খল্লি নংনা খল্লিবত্থু অচুম্বনি অফবনি, নংনা চুম্মী হায়না খনবত্থু মীত্থুস্মু অচুম্বনি হায়না খলহন্নিংই, তৌহন্নিংই। অতোপ্পা মীস্মু মানা মানা খন্ন-রিবত্থু অচুম্বনি, অফবনি হায়তুনা চৎনবা ঙাক্কনি। মসিদা কনানো লাল্লিবসে? কনাস্মু লান্দে। ঐস্মু ঐনা চুম্মী, ফৈ হায়না খনবত্থুদি মীবুস্মু তৌ হায়রিবসি। অত্থুবু ইবোতোম্বী নংসে ঐ নত্তে, ব্রাখল খেন্নে। ঐনা পাম্বত্থু নংবুস্মু পাম্মু, তৌ হায়বা তারবদি মত্থু ঐগী অরানবনি। মানা মানা পামজবত্থু মানা মানা তৌজবদা মাগী মাগী ধর্ম্মনি, পুন্যানি।

ইবোতোম্বীঃ— মী হাৎলবস্থু পুন্যা তারেনে তমোয়াইমানা হায়রি রাসিদি ?

ইবোয়াইমাঃ— Yes, মহুস্নু পুন্যানি। মীহু হাৎলুরগা ঐগী থম্মোইনা য়াম্না পেনগদবা লৈরবদি মহু ঐগীদি পুন্যানি। লান্দা সিফাই মশেল হাৎনবদা পাপনি হায়নত্রিবা করিগীনো ? হাৎনরিবা সিফাইশিংহুগী লনাই ওইনা নুংঙাইনদবনা করিনো ? মী য়াম্না হাৎপা ওম্বা সিফাইদা তকমান চাওনা পীবগী অর্থবু করিনো ?

ইবোতোম্বীঃ— ঐ তামোয়াইমাগা রা ঙাংনবা ওম্মোই।

ইবোয়াইমাঃ— শাওনু, অশাওবনা নঙোন্দা নশাগী অচুম অরান খন্থনবগী পান্থে মাংহনখিবা নত্তনা কান্নবা করিমত্তা ফংঙোয়। শাওবগী মহুত্তা অচুম্বহু করিনো খঙ্গো। ইতৈমানা ঙা ঙাংদনা তুমিন্না উংহুনা লৈরিবসিনা কৈদৌরবা ?

ইবেমপিশকঃ— নখোয়গী তামোচৌহু নুপি লোন্দৌরি হায়য়ে, অহুগী উংঙিবা।

ইবোয়াইমাঃ— (কন্ন নোকই) মহুগীদমক উংফম থোক্তে। উংঙনু। নুপানা নুপি লোল্লগা করিগী ইতৈমানা উংফম থোকই ? উংফম থোকইবদি নুপাহুনি।

ইবোতোম্বীঃ—ইতৈমা, তামোয়াইমাগা ওনশিন্নহুনা ঙাংনবীরুনু। ইতৈমাস্নু শোয়দনা ঙাওরনি।

ইবোয়াইমাঃ (নোকই) নখোয়গী রাখলগা ঐগী রাখলগা মান্নদে হায়হুনা ঐবু ঙাওই সিনিনে ?

ইবোতোম্বীঃ— তামোয়াইমাবু ঙাওই হায়বগী রা নত্তে। ঐগী ওইরিবা পোংশক অমবু মীনা মুনখিবা হায়বসি কনাস্নু নুংঙাইফম থোক্তে।

ইবোয়াইমাঃ— ঐখোয়গী তামোচৌবু ঐখোয়গী ইতৈমদগী কনানস্নু মুনখিদে।

ইবোতোম্বীঃ—মুনখিগদৌরিবসিদি ?

ইবোয়াইমা:— মুনখিরোই, মুনখিনবগী পাঙল কনাগীসু লৈতে।

ইবেমপিশক:— কমদৌনা ?

ইবোয়াইমাঃ— ঐখোয়গী তামোচৌনা ইতৈমা অনিগী সেবা পাম্বগী রানি। অনিমকপু ঐখোয় তামোচৌনা চপ মান্নবা মুংশিগনি।

ইবেমপিশকঃ— মতুবু ওইথোকপা য়াবা থবক্লা ? অঙাওবা নং কাতু কারল য়াম্না ঙাংগদৌরি।

ইবোয়াইমাঃ—ইতৈমা, ওইথোক্কবা হায়বা অমা হৌজিক্তি লৈত্রবনি। ঐনা ঙাংলিবশিংসিদা কাতু-কারল অমত্তা য়াওদবনি। থাজ-ব্রগা চয়াম পোকপা মমা মপাদা হংঙু "নচা ময়ামতুগী মমুংদগী করম্বা নচানা খ্বাইদগী হেন্না মুংশিবগে" হায়তুনা।

ইবেমপিশকঃ— মমা মপানবুদি মচাশিংবুদি চপ মান্নবা মুংশিদদি।

ইবোয়াইমাঃ— মতুগা চপ মান্নে। মুপী লোনবা মুপানা মাগী মুপিশিংবু চপ মান্নবা মুংশিফম থোকই।

ইবোতোম্বীঃ— মতুনা তামোয়াইমানা চপ মান্নবা মুংশিফম থোকই হায়বনিদনা। মুংশিবদি অতোম্বীনা হেল্লি, লুনা তৌবসু অতোম্বীনা হেল্লি।

ইবোয়াইমাঃ— মতু ভাবননি। অহন্না হেন্না লুনা তৌবা মানবসু লৈরমগনি। মমা মপানা মচাশিংগী মরক্তা হেন্না লুনা তৌবা, হেন্না মুংশিবা মানবসু য়াওরমগনি। অতুগুম্বা মচাতু নীংঙায় কয়া ফরম্মোই। অতোম্বীবুনা হেন্না লুনা তৌবা মাল্লিবতু অতোম্বীতু নীংঙায় কয়া ফংলম্মোই, অতুননি।

ইবেমপিশকঃ— ফরেনে, নংনা মতু হায়রবদি, মুপী ঐখোয়সু মুপা লোল্লবদি নখোয় মুংঙাইগদ্রা ?

ইবোয়াইমাঃ — ( ফিংনা ) নত্তে নত্তে, মতু চৎনদে। চৎনদবা থবক্তি মরিং মরাংনা উই। মুংঙাইফম থোক্তে।

ইবেমপিশকঃ— নংনা চৎনবরোমদা তায়শিনবদি য়ারোইনে।

ইবোয়াইমাঃ — তায়শিনবগী রা নত্তে। ঐবু শেরাম্নবা রাখল্লোমদা পুশিনবীগনু। মুপিনা মুপা লোনবা চৎনবা জাতিদদি

ন্নুংঙাইনদবা লৈতে। ইশম শন্না হায়রবদা মহাভারত্তা দ্রৌপদিনা পান্দব মচিন মনাও মঙাবু পুন্না সেবা তৌখি।

ইবেমপিশকঃ— (শাওনা) অঙাং নং অহে অপা য়াম্না শাদৌরি। অহু আদা খংদে নখোয় তামোচৌনা নুপি অমা হেক পুত্থনা লাকপদা কেশ তৌরগা থবক থদত্তবরা য়েংঙু।

ইবোয়াইমাঃ - মহুবু ইতৈমানা ঐখোয় তামোচৌবু ন্নুংশিবগী খুদমলা? ঐখোয় তামোচৌনা থবক তোক্লগা ইতৈমাদা করি তোংজবগে? মহুদি কল্লক পেন্নবগী থবক্নি।

ইবেমপিশকঃ - সরকারগী থবক তৌবা মীনা নুপি লোনবা য়াদে হায়নরিহুদি।

ইবোয়াইমাঃ— আইন হায়বসিদি মীনা শেম্বনি। মীনা চংনহনবনি। মীনা চংনহন্দবনি। অরা লানগায়বা চহি তরেৎ খুন্তাকপা মতুংদদি নুপাগা নুপীগা মশিং য়েংনবদা নুপিনা হেনবনিনা নুপা অমন্না নুপি ৭/৮/১০ লোন্নরম্মী। মহুগী মমাংদনা মোইরাংদা পুরেম্বনা ঙাংখ লম্পাক্তগী ফারকপী ঙাংখলৈমাবু নিংথৌনা নীহুনা লৌরগা লৈমা হাপখিবা ঙাংখহুমক অমুক-হন্না কৈ তরেৎ ফাঙৈদা নিংথৌদগী নিহুনা পুরেম্বনা লৌখি। মসিস্থু অহুম্মক করিস্থ হায়নখিদে. মরমদি মতমহুগী চংনবীনি। আইন্নি। অহুবু ২০শুবা সতাব্দি লোয়রমদায়সিদদি Government employee অমনা নুপি অমদগী হেন্না লুহোংবা য়াদে, করিগীনো খংদে। আইনহুমক শেমখিবা মীওইশিং-হুস্থ নুপী অমদগী হেন্না থীখিবা ঙাক্তনি।

ইবেমপিশকঃ— নংনা লোয়নহেক খংঙবরনে?

ইবোয়াইমাঃ — খঙঙী, নুপি লোনবগী বীচার তৌগদৌরিবা বীচার-পতি মশামকস্থ ময়ুমদা নত্রগা লমদা নুপি অনিদগী হেন্না লৈরম্বস্থ য়ারি। বীচারদি নুপী অমদগী হেনবা য়াদে হায়গদৌরি। অমরোমদনা ইতৈমানা দরখাস থাহুনা কেশ তৌদ্রবদি নুপি লোল্লি খংনা খংনা ঐখোয় তামোচৌ

সরকারগী থবক তৌবা অহুম য়াগদৌরি, ময়ামসিমু হিং-হনগদৌরি। কেশ তৌরগমা থবক তোকঅনি, অলবসু চায়রোই, চরাসু হেল্লনি, অতোম্বী ওইগদৌরিবা মহাকসু চৎথিবা য়াই। ইতৈমসু ঐখোয় তামোচৌনা চরা হেল্লিবসিগী মরুওইবা মীশক্তুনি হায়হুনা ফুরগা তানগেহুম হায়রকনি। অদু ওইরবদি কহাসু মাংঙে, খুজায়সু কায়রে।

ইবেমপিশকঃ— নখোয় তামোচৌনা থবক তোক্রনবা কেশ তৌগে হায়বদ্দি নত্তেদনা। তলব তংখায় তংখায় ফংলবদি করি কায়?

ইবোয়াইমাঃ— তলব তংখায় ফংনবগীদমক্তী কেশ তৌদ্রবসু তামো-চৌদা নিংথিনাঃ হায়য়ু।

ইবোতোম্বী ঃ— ইতৈমা, ঐখোয় তামোয়াইমাগা ওনশিন্নহুনা ভাংনবীরুসু। মাদি মীনা ব্রা ভাংবা হৈ হায়নবা হায়হুনা মানা থোকপা অমা শাজিন্দুনা ভাংবদা লাম্বা লৈত্রবনি। মাগা হেক ওনশিন্নহুনা ভাংনরুবা মীদো ফনা চুম্মবসু লাল্ল-বোই অহুম নীংঙগদবনি।

ইবোয়াইমাঃ - হৈ অভাং পৃথিবীদা নুপি লোন্দুনা নুপি অনিগী ভায়হাক লৈতনা ভাংনবা, খৎনবা, চৈনবা তানিংবা নুপা লৈরম্বা হৌনদেদা।

ইবোতোম্বীঃ - লৈত্রগা লোন্দৌরিদি করিগীনো?

ইবোয়াইমাঃ— নখোয় ঐখোয়না মিংনা য়েংবদা উবা ভমদ্রবা, থিজিনবদসু করিনো হায়বা ভমদ্রবা, থদৎপা য়াদ্রবা কল্লবা উইখ্রবা লীচিং অমখক লৈ, মহুননি। মহুবু থদৎপা ভম্রবদবু করিগী নুপাশিংনা নুপি লোন্দূনা মাথা শাহল্লুগনি। লোল্লুরম্ন হায়হুনা থীংবদসু য়ারম্নোইদবা মীহুদদি অথিংবা পীহুনা শাওহল্লুবগী মহুত্তা, নোনা লাকদৌম্বিবী অন্নৌবীহুগা ইচে-ইনাও হায়হুনা মচিন মনাও ওইবগী মওংদা য়াম্না কুংশিননা লৈমিন্নবনা হেন্না কৈ।

ইবেমপিশকঃ— ইবোয়াইমা, ইতৈমা নংগা ব্রা ভাংনবা ভম্মরোই,

খাইদা লোয়শিল্লসি। অদুগনে, মীগী মুপি লৈ খংনা খংনা লৈনিদো হায়দুনা লাক্কদৌরিবী মুপী অদুনি ঐনা লৱাই লুতেংনগী মশমদু কোক্লনথা ফোয়গদৌরিবসি।

ইবোয়াইমা:—মদুদি মুপিদুদা শাওগদবা নত্তে, মুপীদুগী মরাল লৈত্তে। মরাল হায়বদু মুংশিবনি। মুপীদুনা মুপাদুবু মুংশিরমদ্রবা লাক্লিংবদি হায়রুমু ফারুরফাওবা লৈবীয়ু য়াবোই। মুংশিবদি মিং তাংই হায়নবদুনি। মদু নত্রবদবু ইতৈমা অমা লৈ খংনা খংনা করিগী লাকফম থোকই? অদুগা ইতৈমা, ইতৈমানা ইতৈমা অনৌবীগী মশম ফোয়রুরগা ঐখোয় তামোচৌনা ইতৈমাবু থৌনা ফবিনি হায়দুনা "বীর চক্র" পীবীরক্কদ্রনে? মদুম হায়নবু তৌরুরবদি ইতৈমা য়ুমদা ঙম্মা য়োবগী রা লৈ।

ইবেমপিশক:— কৈনোহে, মনিং মমাং ইথৎ হেক থৎলদনা।

ইবোতোম্বী:— ইতৈমা, তামোয়াইমানা হায়বদা চুম্বা অমদি লৈ। থোক্লবা খুদিংমক থেংনরুরগে হায়দুনা পুরক্কদৌরিবা মুপি-নিনা মায়োক্লরুবা য়াদে, লাল শোয়দনা তৌরক্কনি। শাওনিংলবসু শাওদবা শাবা, মুংশিবা শাবা হরাও-হরাও তৌশিন্নবা তাবনি।

ইবোয়াইমা:— Yes, that's right, ইথুৎ লাম্থোকখাগা মীথুৎ লাম্থোরকই হায়নবগুম ঐখোয় তামোচৌবু মুঙাইহন্দুনা হেন্না মুংশিহন্নবা থবক তৌবা তাবনি। হেন্না লুমা তৌ-হন্নবনি হায়দুনা পোংশেম যাদু তৌরুবদগী করিগুম্বদা ঐখোয় তামোচৌনা ঙাওরবা... ইবোয়াইমবু ফত্তে হায়রগমু, মরাল লৈবা মীদো লেমদি থারোইদবনি।

ইবেমপিশক:— (লাওই) হরে, ঐবু পোৎশেম যাদু তৌদুনা মুপা ফাবীগদবা মুপি মানবরা?

ইবোয়াইমা:— মাল্লি হায়বা নত্তে, তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়সে চীন্দনা অমা ঙাংগা রাখলনা অমা খনগল্লি।

ইবোতোম্বীঃ – (লাপ্তক য়েংঙগা) কনানো লালতেল পায়রগা লাকইসিনা ?

ইবোয়াইমাঃ — ইনে থাবল্লেনি। (চৌকিদা চংশিন্দুনা ফম্মী)

(লালতেল অমা পায়রগা থাবল্লে চংঙকই)

থাবল্লেঃ— ইবোতোম্বী. নখোয় তামো লৈবরা ?

ইবোতোম্বীঃ – ঐখোয় তামো হায়ববু করম্বনো ?

থাবল্লেঃ— ইবোহল।

ইবোতোম্বীঃ — লৈতে, ঙসাই চখোকথিবদগী হল্লক্রি।

থাবল্লেঃ — থীরুচো চৎলু।

ইবোতোম্বীঃ থীফম খংঙোয়।

থাবল্লেঃ – ফংননবা থীরু।

ইবোয়াইমাঃ-- ঐ থীরুগে। ইনেবু ঐখোয় তামোচৌ লৈফম খংখীবরা ?

থাবল্লেঃ – অতুবু খংঙবদি ঐনা নখোয়দা কৈদৌবৈ থীরু হায়দোয়নো ?

ইবোয়াইমাঃ — অমহানি, ঐখোয়স্তু লৈফম খংদে, থীফম খংঙোয়।

ইবেমপিশকঃ – করিগী ওইরবনো মোইতামোচৌ থীগদৌরিবসিবো ? করি তৌবা য়াওরবগে ইনে ?

থাবল্লেঃ – কোন্না খংঙক্কনি। ইবোতোম্বী চৎলো হায়মী নংবো, অমুক্তা কোয়থী থীরু হায়মী।

ইবেমপিশকঃ— অহিংসিদা কদায়দবু থীরুদৌরিবনো ? থীরুগদৌরিবছু অঙাং নত্তে, মরাইনা হঞ্জিনজরকনি।

থাবল্লেঃ— মথন্তা হঞ্জিল্লকপা ঙায়বা য়াবা নত্তেনে ইবেম্মা।

(কাওবা চংঙকই)

কাওবাঃ – করিগীনো থাবল্লে ? কনা কৈদৌবা য়াওরে ?

থাবল্লেঃ – তাদগী অঙাংছুনা ঐগী ইচানুপিছু পুতুনা চৎখরে, থীরকইবনি।

ইবেমপিশকঃ—. করিনোনে হায়রিবসিবো ?

কাওবাঃ— ইবোয়াইমা, ইবোতোম্বী চৎলু নয়াম্বু কদায়দা লৈ-
বগে থীরু। ফংনবা থীরকদবনি, চৎলু।

ইবোয়াইমাঃ— (চৎনিংদনা) পাবুং।

কাওবাঃ— চৎলুনে, ফংননবা থীরুনে।

(ইবোয়াইমা, ইবোতোম্বী তন্দে মাঙ্গে থোকখি)

(থাবল্লৈদা) ইচানুপানা নচানুপি সনাতোম্বী পুন্থনা চৎখ্রে
হায়রিসিবু নত্তে ইবেম্মা, ইবেম্মাগী মিত্তুনা উবীহৌবরা?
থীংবীহৌবা য়াদবরা?

থাবল্লৈঃ— ঐ উজহৌদ্রে।

কাওবাঃ— উহৌদ্রগা করম্না ইবেম্মানা ইচানুপানা সনাতোম্বী পুন্থনা
চৎখ্রে হায়রিবনো? ইবেম্মাগী রাহু ঐ শাওগে তৌরকই।

থাবল্লৈঃ— তাদা রারৌবীনু। তাদগী নচানুপা ইবোহলহু ঐনা
য়াম্না মুন্না মশক খংবা অঙাংনি। ঐনম্বু ফনা য়াম্না হায়রবনি,
ইকাইবা য়াম্না খংদে। ঐগী ইচাদি লৈশাবীনি, য়া য়া
লাওনরক্রিগৈসিদা থায়দোকহৌনবা তৌসি।

কাওবাঃ— করি রানোনে ইবেম্মানা হায়রিসিবো? ইবেম্মানা
হায়রি রাসিদি ইবেম্মাগী নচানুপিহু অতোপ্পদা চেল্লম্মবম্বু
ইচানুপাদা নম্মদনা পীশিনবীগে হায়রেনে।

থাবল্লৈঃ— তাদগী রাহু ভাব অমরোমদা চৎখ্রে। তাদগী নচা-
নুপাহু লেম্না পীরফাওবদা ইয়া ওইজনিংদে।

কাওবাঃ— ইবেম্মাগী নচানুপিহুদি ঐনা ইমৌ ওইনিংঙমগনি
সিনিনে? (ইবেমপীশক্তা থীন্দুনা) উরবরা সিদা লেপ্পীবসে?
মসি ইমৌনি।

(ইবেমপিশক মুক্তুনা লেপ্পী)

নখোয়গী নচানুপিগী লেংনগা হায়জিনবা য়াবা
ইমৌ নত্তে ভাব তাউ। রা মথা তানক্রিগৈ চৎখিবনা
ফরনি, লেংঙো।

থাবল্লৈঃ— (শাওনা) তাদা।

কাওবাঃ— ঙায়খো ইবেম্মা, ইবুং ৱা অমা হায়রগে, সুমদৌরসি, ইবেম্মাসু ঐগী ইচাহু নয়ানুপা ওইনিংদে, ঐসু নচানুপীহু ইমৌ ওইনিংদে। অদুনা করিগুম্বা নচানুপিহুনা ইচাহু পুহুনা লাকঅবসু ফাজিন্দুনা থম্মীকুনু।

থাবল্লেঃ - ( শাওনা ) করি ৱানো তাদনা হায়বিরিহুবো ?

কাওবাঃ — করি ৱানো হায়দি করিনো ? ঐসু মীনি, লোয়না তায়, লোয়না খংইবনি। নমা নচা চংহুনা ইচানুপাহু ফাগ-দবগী হোৎনরিবহু খংঙোয়দবোই নিংবরা ? অদুগা থাবল্লে, মসিমদি খংঙু, ঐগী ইচানুপা ইবোহলহু নখোয়না লোইবা য়াবা শল নত্তে।

থাবল্লেঃ— হয়ে, করি থোকএনা ঙাংজ-শারিনো ? মদুগী ৱাদি ঐখোয়সুনে নারেং হুত্তবা শনদি লোইবা জাৎ নত্তে ভাব তাবীয়ু।

কাওবাঃ—অদুনবু ইচানুপাহু নখোয়না নারেং হুৎখিনি কিবনি।

থাবল্লেঃ— হয়ে নচানুপা শক্তাথিহুবু কৈদৌবৈ ঐখোয়না নারেং হুৎচরুদোয়বা ? শক্তামক্না হঙোয় তাংশাং হেক মাল্লদনা।

কাওবাঃ— হঙোই তাংশাং মানবা ইচাদো নচানুপি লিলহা মানবীহুনা য়েন্নখা লুখাদা কোয়তান তান্নহুনা মখোংদা চীকপদো ঐদি উহোয়ে। মশানদি য়ানিংদা মখোঙ অকাউ খুদিং থরা থরা য়োৎশিনখি মখৌরি য়ৌথিবনি খংঙবরা ?

থাবল্লেঃ— ইচানুপিদি নবেম্মানিনে খংবীরবরা ? Engineer Doctor, ঠিকাকার কয়ানা হায়বা লাকঅম্মীবনি।

কাওবাঃ—লাকঅমগনি।

থাবল্লেঃ— লাকই, হৌজিকসু নোংমত্তা থুরক হাংপোৎ নত্তে।

কাওবাঃ — ইনাক কৈরাক থুনবা শেল পায়বা কয়! অমসু লাকঅমগনি।

থাবল্লেঃ— লাকই।

কাওবাঃ— মখোয় ময়াম অদুগী মরক্তগী থরা ফবা, তিন্নবা

নুংঙাইগদবা খুৎচাবী অমা খন্দদনা ঐগী ইচা নুপা লাইরবা ইবোহল ওইনা ক্ষারিববু করিগীনো ?

থাবল্লেঃ— করি হায়বা তাদা। ঐবু নুপিনি হায়দুনা উশিং-পীদবগী রারা ?

( সনাতোম্বী চংঙকই, ইবোহল, ইবোয়াইমা, ইবো-তোম্বী মরি মরি চংঙকই )

সনাতোম্বীঃ— করিনো ইমানা তৌবীরিসিবো ? ইমাবু ইকাইবা করিমত্তা খংদ্রবরা ?

থাবল্লেঃ— ইবেম্মা ইমাদি ইকাই খংদবীনি। ইকাইবা খংবী ইচানা তৌরিসিনা করিনো ?

সনাতোম্বীঃ—ইমা ঐগীদি ইরাইবক্তা তম্মবনি খন্দুনা মতুং ইল্লবনি।

ছবেমপিশকঃ— করি হায়বা !!!

( লেকথখি )

## মৈ মুৎপা

# অনিশুবা তাঙ্কক

## অহানবা উৎপা

মফম :— হান্নগী অতুমক

ফমুং অমা ফমেনলোমদা ফক্লাং ময়া নক্লা থাহনা লৈ। ফমুং ময়াইদা কাওবা খোঙ্গ্রাই চল্লগা তোংজে পায়রগা হিদাক চীংহনা লৈ।

মতম :— অয়ুক

ইবোহল থোরকই, থোকখিগে তৌই।

কাওবা:— ইবোহল।

ইবোহল:— (লেপ্লগা) পাবুং।

কাওবা:— নংবু ওফিস চৎলবা হায়বহুরা?

ইবোহল:— করিগী ওইরবনো পাবুং?

কাওবা:—ইপাবু শিরমদায়স্থ পংলাপ লাপ্তরে। ইপানা শিবসিবু নংবু য়াম্না ডায়ডমদদনা মতৌরিবরা, ইপাদি খাডবদা ওস্থাক্লা ব্লারেদা।

ইবোহল::— ঐনা কৈদৌরগেনে পাবুংনা হায়বীরিসিবো?

কাওবা:— করি তৌবা হায়ববু ইশা নারবনি। নংদি চখোকখিনি, ইমুংসিদদি নংনা চখোকখিবদা ডায়নহুনা লৈনবহু মডায়রে। নংনা হেক চখোকখিবগা চাক্লবা হৌরকঅনি। ইপাবু কমদৌ হায়রিবনো?

ইবোহলঃ – পাবুং খংনররোই, ঐনা খংনদনবা হায়রবনি। পাবুংনা পোখাবীগদবছু অহুম পোখাবীয়ু।

( ইবোহল থোকখি )

কাওবাঃ – (মতোমতা ) মুপী থীয়ু য়াৰমদবা ইচামুপাদুনিকো মসিবো। ওস্বোক্সা থুনা লোংগ্রেদা …

( হিদাক অমুক চীংই। ইবোতোম্বী চংঙকই )

ইবোতোম্বীঃ – পাবুং, ঐখোয় তামোচৌ লৈরিবরা?

কাওবাঃ — চংথ্রে. করিগীনো?

ইবোতোম্বীঃ – ( ফিংনা ) মাংঙেদনা, ঐদি চাক চাহৌড্রি। কদায়-দনো ঐনা চাক পুরগা চারুদোরিসে।

( ইমুংদা চংখি, কাওবা তঙক তঙক য়েংতুনা লৈহৌই, ইবোয়াইমা চংঙকই, ইবোতোম্বী চাক পুতুনা থোরকই )

ইবোয়াইমাঃ – নংনা চাক পুতুনা থোরকইছু কদায়দনো? মফম লৈগদোরিবরা?

ইবোতোম্বীঃ —খংদে, পুখ্রি মপান্দরা, শম্বল মখোঙদরা কদায়দ-নোমা চারুরগে। ( থোকখি )

ইবোয়াইমাঃ – ইয়াম্বসু লাকে।

( চংখি, চাক পুতুনা থোরকই )

কাওবাঃ - ইবোয়াইমা।

ইবোয়াইমাঃ – পাবুং।

কাওবাঃ— নংদা থবক অমা তৌহুনা ইপা ইচা য়ুমসিদা থাদোক-অবদি ইপাদি মুংঙাইখ্রনিদা।

ইবোয়াইমাঃ— নমৌ অনিগী সেবাসি পেনবীব্রবরনে পাবুংবো?

কাওবাঃ— নংনা চাক পুতুনা থোরকইবছুদি নতৌমা অনিনা নংগী অৱাং অপা হাপতোক হাপচিন তৌবছু পামদবগী ৱারা? ইচাদি মুংঙাইরিনিদনকো

( ইবেমপিশক থোরকই )

ইবোয়াইমাঃ – পাবুং মুংঙাইববুদি ভাবোক্লিনা নোংমা ফাদোক্তি মুংঙাইরম্মী, তোয়শিল্লকঅবসিদদি মুংঙাইরক্রে।

ইবেমপিশকঃ— ( ইবোয়াইগাদা ) নং নক্সনে অহে অপা শাত্নুনা য়াম্না ঙাংখিবত্নুবো ?

ইবোয়াইমাঃ – ইতৈমা, ইবোয়াইমাদি ঙসিমু হায়রি, ঐখোয় তাং মোচৌনা ইতৈমা অনিগী সেবা পামজরুবনি। অত্নুবু ইতৈমা অনিনা মশাগীতা ওইনিংবা থবক তৌবদা লৌতানবা, মচিন মনাও ওইবগী ইচে ইনাও হায়নবগী মহুত্তা য়েক্লবগুম খন্নবা, নংত্তনবু তৌরবদি য়েংশিনগনিদো হায়না খন্নবনা ঙায়হাক লৈতনা চৌক্লবনি। হুই হৌদোংগুম লৈমিন্নবা য়াদবা, ঙায়হাক লৈতনা ঙংনবা তানিংদদনা ননাও চাকলুক থাংজবনি, ক্লাক্লৌবীমু।

( থোকখি )

ইবেমপিশকঃ— ( লাওনা ) চীক্লবদি ঐনা হৌবা নত্তেনে, মুমিং চুপ্পগী মৌ অনৌবী শাত্নুনা ঙাক লৈগে হায়বা মহাক্লনি খংঙবরা ?

(সনাতোম্বী শাওনা থোরকই)

সনাতোম্বীঃ— করিনো ইচেনা হায়বীরিত্নুবো ? ঐনা কৈদৌঙৈ মৌ অনৌবী শাখ্রবগে ? ঐনা য়ুমশিদা লাকঙৈদগী চাক থোংত্নুনঙাক লাকইবা নক্সা ? ইচেনা কোল্লিক ক্লাইরম খরা শেংই হায়ত্নুনা পাহোম্বগী ক্লারা ? অত্নু ওইরগা ফমত্নুনা লৈবীয় ঐ লোয়নমক হোৎনগে।

কাওবাঃ— ফরে, ফরে, ইমৌশা ক্লাফমসি স্বাইদ তেনশিল্লসি।

ইবেমপিশকঃ— (কপ্পা ক্লাক্লৌনা) মানা চাক খরা থোংঙেদনা ঐনা পাহোম্বগী ক্লা ওইনা ঙাংঙিসিবু পাবুংবু তাত্নুনা লৈবা ঙম্বীরিবরা ?

কাওবাঃ— করিগীনো নংনা কপ্পীবত্নুনা ?

সনাতোম্বীঃ— কপশিন্নত্নুনা কান্নরোই ইচে, অচুম্বা হায়বসিদি

মাংবসু য়ারোই, লোৎপসু য়ারোই। ইচেসু মৌনি, ঐসু মৌনি। ইচেনা য়ুমসিগী মো অমা ওইনা হান্না লৈরম্বগী ইচেদা ঐনা ব্যাবহার অমথক থম্বীবগী ৱাদনি। ঐস্ন মৌনিনা ইচেনা ঐঙোন্দগী করিমত্তা হেন্দে হায়বসিমদি খংবীয়ু।

ইবেমপিশকঃ - হয়ে, ঙরাংদা লাকপা মানসু ইমুংসিদা অধিকার তাল্লকপা শারদনা। ইবেম্মা ঐসে ইমুংসিগী মো ওইবা হাল্লিবনি খঙ্ঙবরা? নত্তে, নংবু মীগী নুপি লৈ খংনা খংনা লাকইবা নংবু নমায়হুবু পান্দ্রেনে। ইকাইবা খরা খন্না খংবদি ফবজাৎনি।

সনাতোম্বীঃ— হো ইবেম্মা, ঐনা লাকইবসে নুপাসিনা নংবু পামদ্রে লৈমিন্নবা নুংঙাইত্রে হায়য়ে খংবীরবরা? সি হায়রবদি ফরৈনি।

কাওবাঃ— নখোয়না ঙাংনরিবসিবু করিনোনে ইমৌশা?

(ঙান্থক পায়রগা ইমুংদা চংখি)

ইবেমপিশকঃ— ইকাইখংদবী, মীগী নুপা মুনবী, নং ঐঙোন্দা পংহৌদি হৌরক্নুহে।

সনাতোম্বীঃ— হয়ে, নংগুম্বনা ঐঙোন্দা কৈদোদোরিবা? নংগুম্বা জাত্তি কেসে। (চংখি)

ইবেমপিশকঃ— কেসে গায়না— ঐ খল্লু খল্লুরগা থাংবা ঙম্মক্রেদা মাগুম্বনসু ঐবু কেসে গায়না মানা শিরগা শি ঐনা শিরগা শি লৈরম্মু খংগনিদনা। (ফিংনা চংখি)

(মনুংদা) নংদা হাৎলগা লোয়রে।

সনাতোম্বীঃ— (মনুংদা) লাও, লাও মসি।

ইবেমপিশকঃ— (মনুংদা) অয়ো ইমা, মসিগী হীংচাবীশি।

সনাতোম্বীঃ— (মনুংদা) ঐয়ো, মীগী মমায়দা খুজিন্না খোৎপা নংসু।

ইবেমপিশকঃ— (মনুংদা) অয়ো, শিরে শিরে হীংচাবী।

সনাতোম্বীঃ— (মনুংদা) হীংচাবীনি— ঐ।

কাওবাঃ— (মনুংদা ফিংনা) হৈমা। করিনো নখোয়না তৌরিসিবো ?
থাদোকনৌ হায়মী নখোয়বো।
(ভান্থক পায়তুনা চেম্থোরকই)
করিনোমী ? (লাওনা) ইবোতোম্বী, ইবোয়াইমা কনা কনানো নখোয়বু অমুক্তা খাম্মোরাও হায়মী। শিনবা তারেনে। লৈকায়সিবু মী অমত্তা লৈত্রবরা ? মী শিনদৌরে।
(থাবল্লৈ ফিংনা চংওকই)
থাবল্লৈঃ— কৈদৌরে তাদা ?
কাওবাঃ— ইবেম্মা অঙাং অনি শিনদৌরে, অমুক্তা খাম্মু।
থাবল্লৈঃ— (ফিংনা) করিনোনে ? (ইমুংদা চেনশিনখি)
(মনুংদা) করিনো তৌরিসিদি ? থাদোকনৌসে, থাদোকনৌ হায়মি। সেনে নুপিমচা নংবু থাদোকউসেনে। নংস্মু থাদোকউ। নশম ননা লোয়নবা তারে থাদোকউ হায়মী। ওন্থোকপনিদা মীনা থাদোকউ হায়রবদি ...।
সনাতোম্বীঃ— (মনুংদা) কৈদৌবৈ থাম্মীনো ? মসিগী হীংচাবী সি হাত্তোক্কে তৌবনিনে।
থাবল্লৈঃ— (মনুংদা) কৈনোহে, নচেদা অত্থুম হায়না হায়বা হৌনবরা ?
( থাবল্লৈনা সনাতোম্বীগী খুদাং পায়তুনা চীংথোরকই, সনাতোম্বী মশম মনা ইফা ফারে ঈহিং নাহিং শারে )
সিনরোইদরা সিবো ?
(ইবেমপিশকস্তু মশম মনা ইফা ফানা, ঈহিং নাহিং শানা থোরকই)
ইবেমপিশকঃ— (শাওনা) হায় হীংচাবী।
সনাতোম্বীঃ— হিংচাবীদি নংনি খংওবরা ?
( ইবোয়াইমা চংওকই, কুমহৈ য়েংই, কাওবা ফমুংদা ফি অমনা মমায় কুপশিল্লগা হিপথখি )

থাবল্লৈঃ— (কাওবদা) তাইবুংঙো ইচাসি ঙসিদি পুন্সগ্রগে রা-রোবীবা য়াদ্রে। (সনাতোম্বীদা) মুপিমচা চৎলসি, নংনা য়ুমসিদা লৈবসি ইমাদি হান্নদগী ইপাম পামদবনি।

(অমু চংলকই)

অমুঃ— (ইবেমপিশক উবদা) হি! করি মতৌনো সিদি? মুপি-মচা, ইপাগী ইবেম্মা, করি মতৌনোনে ইচানা তৌরিসিবো?

ইবেমপিশকঃ— পাবুং। (মখোল থোক্লা কপ্পী)

অমুঃ— (চংশিল্লগা মশম মনা শেমজিনবী) কপকমু, করিগী কপ্লীবনো, ইচাগীদমক ইপা লৈরিসিদি, ইপা শিদ্রি হিংলি-নহে। ইচাদা কনানা লাকচৈ হায়য়ু। ইচাদা লাকচরম্বা মীদো ঙসিদি ইপাগা লোয়নগে। হায়য়ু ইচাদা কনানা লাকচৈ?

ইবেমপিশকঃ- মখোয়গী হীংচাবী মমা মচাসিনা ঐবু হাংকে তৌরিবনি।

থাবল্লৈঃ— পাওখুমতু মরিক চুমফাত্তে। মরিক চুম্না তম্মু।

অমুঃ— (থাবল্লৈদা) ইবেম্মা, মতু শোনবনি খন্দুনা নমা নচা চংতুনা ইচানুপীবু ফুবিরম্মীবা রা ওইরে। ইবেম্মদি মপা ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈরি হায়বসিমদি কাউবীবোইনা।

থাবল্লৈঃ— অঙাং মশেল খৎনবা খামদোকলুবা ঐবুস্মু অদোম্না অন্নানবা তাহল্লবনিনে। মখোয় অনি শমগা শমগা পায়নতুনা চীংনরম্বদা ঐনা খাম্ববু ইমা ইচা চংতুনা হাংকে তৌরিবনি হায়জিনবা, মপানা মচাগী মরাল কুপশিল্লগা মচাগী মীচং চংতুনা পামবোম তীংঙরবা। ঐস্মু সনাতোম্বীগী মমানি ইমিংনা থাবল্লৈ। ইচাগীদমক্তস্মু মমা ঐ লৈরি।

অমুঃ— ঙসি ইচাগী মমিত্তগী তারক্লিবা পি কনানা তাহনবনো? মতোমতা পোকপী ইচানা থম্মোই শোক্লা কপ্লিবা কনানা কপহনবনো?

থাবল্লৈঃ— ঐগী ইচাস্মু মতোমতা পোকপিমি। ইচাগী মমায়দা

খুজিন্না মক্ম লৈবমখৈ খোংখিবা কনাননো ?

ইবেমপিশকঃ— ঐগী মাইদমু খোংলিসিদি।

সনাতোম্বীঃ— মহুদি নংনা ঐঙোন্দা খোংলকপগী খোংপমিনা।

অমুঃ— (কাওবদা) ইতাও, ইতাওনা অঙাংশিং খংনরগা ফমুংদা লুংঙাইনা পোম্বাহুনা লৈথোকইসিবু করিগীনো ? হৌগংলু অচুম অরাল বীচার তৌখো ইতাও, (চংশিন্দুনা মশা পায়হুনা কৌই) হি ! করিনো পুমইং ইংইনা। ইতাও ইতাও অঙাংশা ঈশিং পুরকউহে।

(ইবেমপিশক, সনাতোম্বী কোল অমমমদা ঈশিং পুহুনা চেনশিন্নরকই। অমুনা কাওবগী মকোক্তা ঈশিং হাপ্পি)

ইতাও — ইতাও।

কাওবাঃ — কনানো ঐঙোন্দা কৌরিবা ?

অমুঃ — ঐনিনে ইতাও।

কাওবাঃ - ইতাও।

অমুঃ — হাওনে।

কাওবাঃ — অঙাংশিং খংনবা লোয়শিনখ্রবরা ?

অমুঃ— অঙাংশিং খংনরগা ইতাওনা তুমহুনা লৈথোকলিবা করিগীনো ? কনানা লাল্লি, কনানা চুম্মী ব্রারেপ্পীয়ু।

কাওবাঃ— ইতাও, মখোয় অনিগী অচুম অরালগী ব্রারেপকদবদি ঐ নত্তে, ইবোহলনি। office ছুটি থারগা মানা বীচারু তৌজরনি। মমাংদমু মানদা তৌদনা ডাক লাকইবনি।

অমুঃ— করি রানো ইতাও, মহু য়ারোইনে।

থাবল্লৈঃ— হৌগংপীয়ু তাইবুংডো, অচুম অরাল বীচার তৌবীয়ু। মহু নব্রবদি ঙসি ইচানুপিসি পুহুনা চংগ্রনি।

কাওবাঃ— পুবীখিগেরা, পুবীরোহ্নরা নখোয়না থোকপা তৌরো, ঐদি হৌগংলরোইয়ে।

থাবল্লৈঃ— (সনাতোম্বীদা) মুপিমচা চংসি লাকও, য়ুমশিদা লৈব্রবদি

নং মথোং অমা চায়রোই। চৎসি লাকও।

সনাতোম্বীঃ— ঐনা কৈদোবৈ চত্তোয়নো। যুমশি ইপুরোইবগী যুমনি। ইপুরোইবনা ঐবু চৎলু হায়রুনা আনন্দ্রিমথৈ ঐ যুমসি থাদোক্তুনা মুকচৎ চংলোয়। মাগুম্বনা মায়দা খুজিন্না থরা খোৎপগীদমক করিগী যুমসি থাদোকচরুনি।

ইবেমপিশকঃ— হায় অত্তাং নং ঙ্গা ঙাংবদা লম পংহেন্দ্রি হেঙ্গ্রনুহৈ।

সনাতোম্বীঃ— ঐনা ইচেদা কম্বি হোই ? ইচেনা হৌবা নত্রা ?

ইবেমপিশকঃ— হায় মীগী মুপা মুনবী, ইকাইথংদবী, নংগা ওনশিন্নহুনা থৎনবা লেমদেনহে।

সনাতোম্বীঃ— হায় অরেম্বী, মপুবোইবনা পাম্বীদবী, পুমলেম লেম্বী নংদা লেম্মোবা।

ইবেমপিশকঃ— করি নং ঙসি হাত্তোকউরা ?

সনাতোম্বীঃ— নংনা ঙম্মগা হাংলো লাওনে. নখৌরি চরমহু মেৎখায়গে।

কাওবাঃ— ( লাওনা ) কনা কনা লৈবগে ? ঐ করিনোমা তৌরে, ঐ করিনোমা তোরে।

অমুঃ— করিম্মু তৌরোই ইতাও, পাখৎলুমু, নমৌ অনিগী থৎনংবগী বীচার তৌনিংদদনা নারিবনি। নগুন চপ চানা থংবা জাৎনি। ঙসিদি ইচানুপিসি পুথ্রগে ইতাও। ইবোহলনা লাকঅগা হায়য়ু মানা করিগুম্বা ইচানুপিসি লৌশিনবা পাম্মকঅবা ইচানুপিদা লৌরং শিংখোং ওইরিবা মীশক্তু তান্থোকখ্রগা মখোংনা থোংনা লাক্লগা ইচানুপি লৌরবা য়াগনি। মহু নত্রবদি লাকসু হায়য়ু। ( ইবেমপিশক্তা ) মুপিমচা চৎসি লাকও।

ইবেমপিশকঃ— পাবুং ঐবু—

অমুঃ— কাম্নদে চৎসি লাকওনে।

ইবেমপিশকঃ— পাবুং ঐ চৎলোয়দা।

অমুঃ— ইহে, ৱা য়াম্না লৈনে, লাকওনে নংবো।

কাওবাঃ— ইবোহল লাকপা ফাওবদং ঙায়বদি ফৈদা।

অমুঃ — ঙায়রুবগী দরকার লৈত্রে।

থাবল্লৈঃ — (সনাতোম্বীদা) মুপিমচা ইমা য়ৌরগে। নথন্তা ঙায়রনি কনানম্ম য়েংলরোইদবনিনা নপুরোইবা সেবা নিংথিনা তৌকো। (কাওবদা) তাইবুংঙো ঐ অমুক য়ৌজরগে।

কাওবাঃ— ফনি ইবেম্মা য়ৌবীরো।

থাবল্লৈঃ — ইবেম্মা ইমা য়ৌরে। (থোকখি)

(সনাতোম্বী ইমুংদা চংখি)

অমুঃ — (হায়ফেং ৱাথল তৌরগা) মুপিমচা নং লাকঅমু, ইপা চৎলগে, ইপা হয়েং লাকে, ইবোহলগা ৱা লোয়নগে। ইতাও ঐ চৎলে।

কাওবাঃ— লেংঙো ইতাও।

(অমু থোকখি, ইবেমপিশক চংখি)

ইবোয়াইমাঃ — অশৈবা কয়ানা মীওইবগী পুন্সিবু থম্নাথকী লাইজগা পাংখরুরম্মী। শিরগা লোয়রবা পুন্সিদা কল্লক মীহৌনহুনা অমগা অমগা য়েংথিনরি, খৎনরি, লাওনরি, চৈনরি, মহুনদি করি কান্নরিবা?

ময়ামগী খৎনবা য়েংঙিঙৈ চাক্তি চাহৌদরে, চরি তৎনা লাম্লবা চাক নংদা চাদবা য়ারবদি ফগদবা। হে ঈশ্বর, তাইবং মীওইবা ঐখোয়বু করিগীনো নংনা চীলহাও অস্থক য়াম্না থীহল্লম্মীবা? শা উচেক্তোনা তিন কাং, নাপী চারগা পংহিং হীংহনবীরম্বা য়াদবরা?

(ইবোতোম্বী অফেংবা পুখম তেক্কোৎ পুরগা চংঙকই)

ইবোতোম্বীঃ— ইমুংসি পুংখায়মুক করিমুক্তি ঙংঙনি।

ইবোয়াইমাঃ — ইবোতোম্বী, ঐগী চাক্তু লৈহৌরিবরা?

ইবোতোম্বীঃ — খংদে, হুই অমদি উরম্মী।

ইবোয়াইমা:— মাংঙেদনা, খংনবা য়েংঙিঙৈ চন্না হেল্লেদনা।
(চেম্থোকখি)

ইবোহল: – (মনুংদগী) করিগীনো চেল্লিহ্নবো, ইঙাও ঙাওশিন্নরদনা
(চংঙকই ইবোতোম্বীদা) করিগীনো নংনা পুখম
পায়হ্ননা লৈরিহ্ননা?

ইবোতোম্বী:— ফেংঙু বগীনি।

ইবোহল:— নতৈমা অনি লৈনা লৈনা, করিগীনো? ইঙাও হেক
ঙাওশিন্নরদনা।

ইবোতোম্বী:— কদায়দগী চাক ফাওবা লমপাক্তা চারুরবদা।

ইবোহল:— করিগী?

ইবোতোম্বী:— খংনবা লোয়খিবদা ঙায়রি। (চংখি)
(ইবেমপিশক থোরকই)

ইবেমপিশক: – (ইবোহলদা) য়েংবিয়ু মাইদগীসি, মসিদা থোরু-
নবনিনে শিনবীরিবসে।
(সনাতোম্বী থোরকই)

সনাতোম্বী:— ইচেগীহু য়েংবা লোয়বীরবরা? লোয়বিরবদি ঐগীসি
অমুক য়েংবীরো। পেনবীররিনি।

ইবোহল: – (শাওনা) করিগীনো নখোয় অনিনা ঙাইহাক লৈতনা
খংনরিসিবো? করিগীনো হায়মী।

কাওবা:— (ফমুংদগী) কনা লৈ ইপাবু অমুক্তা শৌগংলরোলাও,
ইবোহল, নংগী বীচারহু কোন্না তৌ, ইপাবু হান্না অমুক্তা
সৌগংলু। ইপা নংগী বীচার তানিংদে।

ইবোহল: — (মপাবু সৌগং সৌগংনা) পাবুং লৈনা লৈনা অঙাং-
শিং খংনবা থাম্বীত্রিবসি করিগীনো?

কাওবা:— (হৌগংলগা) নংগী রাহংহুগী পাউখুম ইপা পিবা
ঙম্মোই। ইপাদি অহল ওইরবনিনা ইপাদনা লাল্লগদবনি।
মুপি অনি লোনবা নংনদি খক লাল্লোয়। ইপাদনা লানগনি।
(কাওবা য়েনখারোমদা থোকখি)

সনাতোম্বীঃ— ঐবু থীনবীরো। ঐ ইচেগা লৈমিন্নবা মুকতম তম্মরোই।

ইবেমপিশকঃ— নংনা হায়জশারিহুবু ঐদি নংগা লৈমিন্নবা তম-গনি অসিরা?

ইবোহলঃ — তায়খো, ঐ রা অমা হায়খিগে।

সনাতোম্বীঃ— ইচেদি মীনা তিন্নবা তম্বা মী নত্তেয়।

ইবেমপিশকঃ— নংদি তম্মেনে, নংদি তম্মে হায়বা? নংদি হিং-চাবীনিনহে।

সনাতোম্বীঃ — নংনা কোৎচাবী।

ইবেমপিশকঃ — য়ুমসে নংনা হেক লাকপদগী কাং-খোং চায়র-বনি খংতবরা?

ইবোহলঃ— অমুক্তা তায়খোমী নখোয়বো।

সনাতোম্বীঃ — কাং-খোং চায়রিবদি ঐনা নত্তেয়, ইচেননি।

ইবোহলঃ— তুমিন লৈয়ু য়াদ্রবদি ফুরকঅগে, ফুরকওরা?

ইবেমপিশকঃ — ঐনা করি তৌই?

সনাতোম্বীঃ — তৌই।

ইবেমপিশকঃ — করি তৌই হায়য়ু। হায়বা তমদ্রবদি নং তসি খংগদবনি।

ইবোহলঃ— নখোয় তুমিন্না অমুক্তা লৈনৌ হায়বসি য়াররোই? য়াররোই নত্র? ফুথরকঅগে, ফুথরকঅগে?

ইবেমপিশকঃ— (লাওনা) ঐনা করি তৌই হায়য়ো।

ইবোহলঃ — লম ইহেল হেল্লদনা।

(তেবল মথক্তগী **Journal** অমা লৌরগা ইবেম-পিশক, সনাতোম্বীদা ফুই। মখোয় অনিমক লৈ-থোকঅগা ফুকমদা নাল্লি)

মুংতায়রবরা? খৎনখো-ও খৎনখো-ও। মীনা নীংথীজনা তুমিন লৈয়ু রা হায়গে হায়রেদনা।

সনাতোম্বীঃ — (কপ্পা) ঐ লৈবসি মোইতামোদা রাই য়াম্না

চিল্লম্মনি, চৎলগে।

ইবোহলঃ— চৎপস্নু য়ারোই।

ইবেমপীশকঃ— (কপ্পা) মোইতামো, ঐ লানখ্রে। মোইতামোগী অনিংবদা ঐনা অয়েৎপা ওইনা থোকখ্রমাল্লে। ঐ য়ুমসি থাদোক্লনা চৎখ্রগে। ইনাওন্নুপিসিগা নুংঙাইনা পানবী হৌরো।

ইবোহলঃ— নংস্নু চৎখিবা য়ারোই।

ঐ ব্রা হায়গে নখোয় অনি মুন্না তাউ। নখোয় অনিনা ঙায়হাক লৈতনা খৎনরিবসি ঐনা কৈদোরগা খৎনরোই? নখোয় নখোয়গী অপাম্বদু ঐঙোন্দা শেংনা হায়য়ু। মদু ঐ য়াগে। ইবেমপিশক নংগী অপাম্বা করিনো?

ইবেমপিশকঃ— ঐগীদি অপাম্বা করিস্নু লৈজদে।

ইবোহলঃ— অদু ওইরগা করিগী খৎনরিবা?

ইবেমপিশকঃ— অঙাং মানা থকশি খাশি নায়দনা ব্রা ঙাংবগীনি।

সনাতোম্বীঃ— ঐনা ইচেদা থকশি খাশি নায়দবা করি ব্রা হায়খ্রদনা।

ইবেমপিশকঃ— হায়খ্রিদুনি।

সনাতোম্বীঃ— (লাওনা) করি হায়খি?

ইবেমপিশকঃ— নংনা হায়খিবনিনা নংনা অতুম খংজরমগনি।

সনাতোম্বীঃ— ঐদি হায়দবনিনা খংদে।

ইবোহলঃ— (শাওনা) করি ব্রাহৌগীনোমী নখোয়না ঙসি খৎনরম্মীসিবো? সনাতোম্বী নংনা নচেদা করি হায়রুই?

সনাতোম্বীঃ— ইচেনা ঐসি শুনিংদে, মুমিৎ খুদিংগী মৌ অনৌবী শাতুমা ঙাক লৈ হায়তুনা পাবুংদা পাহোম্মবগী।

ইবেমপিশকঃ— (সনাতোম্বীদা) নংদি অছুদি কৈদৌবগী পাবুংদা হায়রুরিবা?

ইবেমপিশকঃ— মাগী মতৌনা হায়বীবনিনা।

সনাতোম্বীঃ— ঐগী ইতৌনা করি তৌরদনা? ইমুংসিগী থবকপু

কনানা তৌবগে ? ইচেনা তৌবরা, ঐনা তৌবরা ? মোইতামোম্ন হায়বীয়ু কনানা থোংবা চাকনো মোইতামোনা চারগা office লেংবীরিছুবো ?

ইবেমপিশকঃ- চাকথোংবা ঙাক্তনা থবক তৌবনি হায়না খনবা য়াবরনে ?

সনাতোম্বীঃ— কোল্লিক ব্রাইরম খরা শেংবছুরা ইচেনা থবক তৌবনি হায়না লৌরিবসে ?

(ইবোহল মকোক পায়ছুনা লময়াইদা কপ্পী)

ইচেনা ঐঙোন্দগী করি হেনবা থবক শুরবগে ইচেনা অহুক য়াম্না ব্রায়ৌরিবছুবো ?

(ইবোয়াইমা পুথম তেঙ্কোং পায়ছুনা চংঙকই)

ইবোয়াইমাঃ— তামোচৌ কৈদৌরে ?

ইবোহলঃ — ইয়াম্বা করিম্নু তৌদে, কোক খজিক্কুং ঙাওবনি।

ইবোয়াইমাঃ— ঙাওবিরুন্নু, ননাংনা ইতৈমা অনিগী বাঁচার তৌজগে। ইতৈমা অনিস্নু তাবিয়ু। ইতৈমা অনিনা ঙায়হাক লৈতনা খংনরিবসিগী মরম করিম্নু লৈতবা ব্রাফম খরানা ওক্টফম থোক্তে। মতুদি পাউথোংফমনি। চাকলুক্তা খুজায় থাংজিল্ল-বগী মালোমনি। নৌরিঙৈদা তামোচৌনা চ্যেকশিনবী-হৌগদবদি - A spark neglected burns the house, মৈরিক্তগী মৈজাওবী হৌই। অশি-অনা, অশোক অপন য়াওনদ্রিঙৈদা ইতৈমা অনিনা অমুক হন্না খংনদনবা খ্বাইদগী ফবা উপায়দি তোঙান তোঙান পীজবা, তামোগী তলবনা আধা অধা।

ইবোহলঃ— ইয়াম্বা ভাব তারে। (হৌগংলি) ফরে লোয়শিল্লসি হায় নখোয় অনিস্নু নথৌ নথৌ তৌনরু। অমুক খংনরকঅবদি ঐবু ফত্তে হায়গনু।

(ইবোহল, ইবোয়াইমা ইমুংদা চংখি)

ইবেমপিশক, সনাতোম্বী পৈথোক্লছুনা লৈবৈ

ইবোতোম্বী ইবোয়াইমা থোরকই চৌকিদা
তুমিন তুমিন ফম্মী, ইবোহল ফৈজোম অমা
পায়রগা থোরকই।

( ইবেমপিশক্তা ) নং ফৈজোমসি খরা শুদোকউ, ঐ
হয়েং লুহোংবা অমা চৎকদবনি।

ইবেমপিশকঃ- মহারানিদা শুহল্লু।

ইবোহলঃ— রা ঙাংবদা কা হেনবরা হায়ববু চৈ চাহ্নুনা তোক্কনি।

( সনাতোম্বীদা ) সনাতোম্বী নং ফৈজোমসি খরা শুদোকঅম্মু, হয়েং মেঘগী লুহোংবা চৎকদবনি।

সনাতোম্বীঃ— ঐখোয়দি শুনিংদবী কতন্নি। থবক শুনিংবীদা শুহল্লু।

ইবোহলঃ— ( শাওনা ) নখোয় অনিগী মরক্তা কনানোমনা শুদ্রবদি ঐবু ফত্তে হায়গনুকো।

( ফৈজোম লময়াইদা থাদরম্মগা থোকখি, সনাতোম্বী ফেৎ হায়দোক্নুনা চংখি )

ইবেমপিশকঃ— চাঁনফেন ফবিসে পৈথোকঅগা চংখ্রিবসে —
( ফৈজোমদা য়েংঙগা ) শুরোইয়ে. ঐ শুরোইয়ে।

( চংখি )

( ইবোয়াইমা, ইবোতোম্বী য়েংনৈ
সনাতোম্বী থোরকই, ফৈজোম
লৌখৎলগা তাশিল্লি )

সনাতোম্বীঃ— ঐবু থবক শুনিংদবীগা হায়দুনা ঙাংখ্রগা, ফি শুরমদায়দনা ঐঙোব্দা; মানা শুনিংদবরা, ঐনা শুনিংদবরা য়েংনবা তারেদনা।

( থোংজিন ময়াদা ফৈজোমছু থাদরগা চংখি, ইবোয়াইমা ফৈজোম ময়াদা চংশিল্লি )

ইবোয়াইমাঃ— শুবীনবা কনাস্মু লৈত্রবা ফৈজোমসিনা লৈবাক্তা নিংঙাইদনা তাহ্নুনা লৈরে। তামোচৌনা হয়েং লুহোংবা

চংলমদায় শেংক্কে থীরকনি। শুবিত্রবা কৈজোম উবদা তুমহনা লৈকরবা মৈগী চীং পোকখায়রকনি। মতমতুদা মতম কুইনা শেমজিন শাজিনবীত্রবা ঐখোয় ময়ামগী চংজক্কম ওইরিবা য়ুমশি উৎ ওইনবা চাকথেকখিগনি। মতমতুদনা ইবোয়াইমানা কদায়দা? মীখা পোন্না হিংবগী দযারা মসিবো? ঐ ঙসিদি হিংলি মীপাল তাংতুনা, তাংবগী ইকাইবম্ব পোক্কে। তাংবগী হৈনবম্ব লৈরে। অতুদি—ঐগী তুংগী পুন্সিনা কদোমদা? লৈফম্না কদায়দা? করিগীনো ঐনা ঙসি ফাওবা ইরোমদোম লেপচবা ঙম্নবা হোৎনদ্রিবা? করিগীনো? ঐগী কবি য়াংলি?

( কাওবা চংঙকই )

কাওবাঃ — কনা কনা লৈ? নয়াম্বা লৈত্রা?

ইবোয়াইমাঃ – ঐখোয় তামোচৌদি হল্লক্রিনা।

কাওবাঃ— ( ফমুংদা ফম্মী ) হৌজিক ফাওবা করিগী হল্লক্কে? মাবু মপাদা চৎলিবরা? মানা থেংনা কোয়থোকপসি ইপা চীংনৈ, থীরুচো চৎলু।

( ইবোয়াইমা, ইবোতোম্বী থোকখি )

হৌজিকপু নুপী অমমুক পুন্সিল্লকঅবদি মথোং অমা চাররোই।

( সনাতোম্বী থোরকই )

সনাতোম্বীঃ— পাবুং কনানো নুপি অমা অমুক পুশিল্লকইবো?

( ইবেমপিশক থোরকই )

ইবেমপিশকঃ— কনানো ইনাও নুপি পুরকইবো? মোইতামোরা?

( কাওবা ঙক্লা য়েংতুনা লৈ )

সনাতোম্বীঃ— খংদে ঐম্বু, ওইরমাল্লে। ফরে, ইচে ঐদি চৎখ্রগে। মখোয় নুংঙাইনা পাঙ্গহৌরসনু। ঐদি মানা অসুম হায়না তৌরকনি হায়বসি সুকথা থাজরুদবনি। অতুবু থাজরুদবা ঐনা লাল্লমলে।

( চংখিগে তৌই, ইবেমপিশকা ক্ষায় )

ইবেমপিশকঃ— চংখিন্নু ঙায়খো, কৈদৌবৈ চত্তৌরিনো ? মাগুম্বনা কৈদৌদোয়নো ? ঐখোয় অনি শুরিসিদি। লাক্তা লাকখিসন্নু ইবানি চংহুনা মখাহু শেংকদবনি। হেন্না য়ুমদা মুপি অনি লৈ থংনা থংনা লৈরুনিদো হায়হুনা লাকইবা মুপিহুনিনে ঐনা য়াম্না য়েংনিংইসে। মরিল কয়াম লৈবা জাংনো ?

( ইবোহল চংঙকই )

সনাতোম্বীঃ— ( ইবোহলদা ) ঐবু থীনবীরো।

ইবোহলঃ— করি অমুক তৌনরে ? নখোয় অনিগী খংনবসি মিংকুপ অমফাওবা লেপ্পবগী রা লৈনদ্রবা জাং ওইরে। হন্দক্কীসিনা করি রাহৌগীনো ? ফৈজোম শুবগীরা ?

ইবেমপিশকঃ— ইনাওদা নত্তে, ঐবুস্নু থীনবীরো। ঐননি ইমুং মহি লাংহল্লিবসি। মোইতামোনা ঐদা চংখিনবা হায়হুনা থৌরাং পুন্নমকসি শিনবীরিবা নত্রদো ? ( কপ্পা ) ঐদা চংখ্রবদি মোইতামোস্নু ইংনা পালহৌবা য়ান্ননি।

ইবোহলঃ— করিনো নখোয়না ঙসি তৌরিবসে ?

( কাওবদা ) পাবুং, করি রাহৌগীনো মখোয়না অমুক নৌহৌনা খংনরম্মীবসিনা ?

কাওবাঃ— ( শাঙনা লাওনা ) খংনবগী নত্তেহে।

( ময়াম ঙক্না য়েংনৈ )

মৈ মুৎপা

# অনিশুবা তাঙ্কক

## অমিশুবা উৎপা

মফমঃ— হাগ্নগী অত্নমক

মতমঃ –

কাওবা ফমুংদা হিপত্নুনা তোংজৈদা হীদাক চীংত্নুনা লৈ। শুমাংলোমদা য়েংই।

কাওবাঃ— আই বন্ধু। (হৌগৎলি) লেংখৎপীরকউ।

অঙৌবাঃ— বন্ধু (চংঙকই)

কাওবাঃ – হেক্তা ফম্মিন্নসি লেংশিল্লকউ।

অঙৌবাঃ— য়ারে, মোরাসিদা ফমগে। (ফম্মী) কমদৌরি? হকচাংবু য়াম্না শোকচিন্না উরেনে।

কাওবাঃ— বন্ধু কুইরেদা ঐনা হকচাং ঙমদবসি। নোংমা বন্ধুগা বাজারদা থেংনরম্বা নুমিত্তুদগী হকচাং নুংঙাইতবসি অত্নুম হৌরবনি।

অঙৌবাঃ – হকচাং নুংঙাইতবগীদি নুংঙাইতরেকো, অমরোমদদি নচা নমৌশিংগী সেবাদা নুংঙাইরমগনি।

কাওবাঃ – উম নুংঙাই বন্ধু, নুংঙাইতে হায়রুরবদি ঐনা লানগনি। মমানা নৌনা হুন্দোক্লম্বদগী ঐনা মমা মপা অনিগী নুংশিবা পুন্না পীত্নুনা লৈখোম মক্তা খজিক্তং তৈবদা লোক থুংগনি নুংশিং-খজিক্তং শিংলকপদা তুপি-ও তুরাং ও কদায়দা করিদা হায়ত্নুনা ঐনা মখোয়বু চাওনবা য়োল্লকখিবনি।

তৌজিক্কী চাওরে, মুপী থীরে, ইমৌশিং লৈরে। মখোয়না ঐগী সেবা মুংঙাইনবনি হায়দুনা মাঙ্গোলদা মুংশিং মরক্তা থাংদোকপিরে। সি মগুয়নে বন্ধু মুংঙাইবা হায়নরিবসে।

অঙৌবাঃ— করিনোনে হায়রিবা রাসিবো বন্ধু?

কাওবাঃ— বন্ধু অসি য়ৌনা রারবা, অসি য়ৌনা অহল ওইরবসে শিনিংদেকো। মীনা "ঐদা শিখ্রবদি মুংঙাইগদবনি", হায়-নরিবশিংসে মচিন থীবা রানি। শিরোদনা হায়রবস্থ শিয়ু য়ারোই। ঐ শিনিংদে বন্ধু, রা লোয়রে।

(সনাতোম্বী বালত্তিন অমা পায়রগা ইমুংদগী থো-রকই, মপাল্লোমদা থোকখি)

অঙৌবাঃ— (মন্না য়েংঙগা) বন্ধু কনানো অসিদি?

কাওবাঃ— ইমৌনি।

অঙৌবাঃ— ( শাওনা ) করিগীনো বন্ধুনা ইবোয়াইমানা মুপি থীব-কাওবা তাক্লক্ত্রিবা? ইবোহলগীদা তাক্লক্রে ......

কাওবাঃ— কদায়দগী ইবোয়াইমাগীনোনে, ইবোহলগীনিনে।

অঙৌবাঃ -- হেরা বন্ধু, ইবোহলগীতুবু ঐনা মশক খংদবদোনা।

কাওবাঃ— অনিশুবনিনে বন্ধু, ওষ্টোক্লা ভাব তাখিদ্রে।

অঙৌবাঃ— ও, ঐ ভাব তারুদ্রে; ঙায়খো ঐ রা অমা হংখিগে— মৌ অনিদুদি খত্তি খংনদ্রা?

কাওবাঃ— করিনোনে বন্ধু, ঐনা ঙসাইদগী রাক্নি তৌরিবসি করি-মত্তা ভাব তারমদ্রিবা রা ওইরে। ঐনা মাঙ্গোলদা লৈরি-বসি ভাব অদুম তারো। ঙায়হাক লৈতনা খংনবা তাদুনা লৈবা ঙমদ্রবনি। মখুৎ থোক্লা খংনরে করম হায়না থাম্মুনি— ঐনা লাওজবদি করিস্থ থৌশাবীদে। ইবোহলনা মরোল অমা ঐবু থামদে হায়দুনা শাওরি। মানা মতু অনি লোল্লগা ঐবু বীচার তৌ হায়নে।

অঙৌবাঃ— ( নোক্লগা ) শাওরুস্থ বন্ধু শাওরুস্থ, মুপী লোনবশিংগী হৌনবনি। বন্ধু নমৌ অনিদুদি করম্বনা হেন্নদি কৈ?

কাওবাঃ— অনিমক কৈ, অনিমক ফত্তে।

অঙৌবাঃ— হৌজিক্কীদুদি ফনা ইংনা উবগুম তৌইদা।

কাওবাঃ অহলদুসু মরম মোকপদা ঐনা শিংথারম্মীবনি। অতোম্বী-
সি হেক লাকপদগী শুনিংদবী ওনখ্রে, রাঙাং শঙাংগসু
বন্ধুনা তাৱবদি ঙক্কনি। করি খল্লকঅবনো থংদে ময়ুমদা
চংখ্রে।

অঙৌবাঃ— কয়াম কুইরবা?

কাওবাঃ— থাগুক ফারম্মনি। মানা হেক চৎথিবদগী লৈহৌরিবা
অতোম্বীসিনা মরম মোকখৎলকপসি, বন্ধু ঐ ঙকই। নুপি
থীয়ু য়ারমদবদগী নম হাদুনা থীবীরুরে, খংদ্রেদা বন্ধু, মশিং
কয়া য়াম্না পুরকখিগদৌরিবনো? ঙরাং অহিংসু হঞ্জিল্লক্কে—
ঐ কিদি কীশিল্লকএ।

(ইবোয়াইমা থোরকই চৌকিদা ফম্মী)

অঙৌবাঃ— মদুনা বন্ধুগী রারীনি। ঐগীনা কমদৌরি, ইচানুপাসু
মতোমত্তনি, নুপি থীয়ু য়াদ্রি। ঙরাংদু কমদৌরি Maruti
Car অমা পুদুনা লাকএ অদুগা মমাগা মচনগা হাপচিল্লগা
কোয়রেদা—

ইবোয়াইমাঃ— (কম্না নোকই) হা হা হা ইনাকখুনবশিংনা শেল
পায়বগী, Car লৈবগী Television অনৌবা লৈরুবগী
রারি। লাইরবশিংনা নোংমগী চরা অমত্তং ফংননবগী রাখল
—কয়াদা থেন্নখ্রবা।

কাওবাঃ— ইবোয়াইমা।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং, ইনাকখুনবশিংগা লাইরবশিংগা রাঙাং শঙাং,
রাখল লিচৎ শাজং মান্নবা য়ারোই। নৌনা ঙরাংদা লৈরুবা
Maruti Car গী রারি শাননবা হায়দুনা পাবুং অঙৌবা
লেংঙকই। ঐখোয় পাবুংগী মচানুপানা নুপি লোনবগী
রারিনা নমহৎখিদুনা Maruti Car গী রারি হৌদোক্লবা
রাপা ফংদবদগী নমফুদা থোমজিল্লকখি।

অঙৌবাঃ—ইকাইখ্রেদা ঙসিগী ইচা ইবোয়াইমগী রাহৈশিংসিদি।

কাওবাঃ— অঙাওবগী চোয়রোম্নিনে বন্ধু।

অঙৌবাঃ— অঙাওবগী চোয়রোল ওইরবসু ওম্ভোক্লা চুম্না ঙাং-থোরকখ্রেদা। ইবোয়াইমাসি অঙাওবা নত্তেকো বন্ধু। মীগী রাখল খংমন্দনা মীনা শাওহুনা অঙাওবনি হায়জিনবনি।

কাওবাঃ— বন্ধুনা হেন্না ঙাওখৎলকদৌরেদনা।

ইবোয়াইমাঃ— ঙাওরোই, কনাসু ঙাওরোই, অঙাওবা কনাসু লৈতে।

কাওবাঃ— ( ইবোয়াইমাদা ) কৈদৌগে নংবু কদায়দনোমা চথোক-খ্রোবা, ঐখোয় রারি ঙায়হাক্তা শাখিগে।

ইবোয়াইমাঃ পাবুং, খ্বাইদনা Maruti Car গী, শেল পায়বগী নুপি লোনবগী রারি, অদুগা মীওই লিশিং কয়ানা চেং থুয়া অমগীদমক হুমাংগী মহুৎ ঈ ওইনা শিন্থনরি।

কাওবঃ— মসিবু ঙাওবরা ঙাওদা, ফৈবরা ফৈদা, নংগী রাহু তানংদ্রে হায়মী।

ইবোয়াইমঃ— থাজদ্রগা য়েংবীয়ু খ্বাইরম্বন্দ বাজারদা, কালেনগী নুংশা ইংথমথাগী ইংলবা উনখা, নোংজু মুংশা,, কয়া খাংহুনা হিংননবগীদমক ইনশাং নাপি য়োল্লিবশিংডু। মখোয়দি তাইবংমী নত্রবরা ? মখোয়সু নখোয়গুম নুংঙাইনা হিংনিং-ঙম্মোইদরা ? মখোয়বু মপুন্সি চুপ্পা রাহুনা ঙাক লেনবা পান্নমগনি হায়না থনবীবরা ?

কাওবাঃ— মখোয়গী অরাবা লিশিং লিশিংডুগীদমক ঐখোয়না করি তৌবা ঙমগদৌরিবনো ?

ইবোয়াইমাঃ— নত্তে, লাইরবদি কনাগীসু মরাইবক্তা তম্নকপা নত্তে, নমহুনা পীখিবনি, নমহুনা মখোয়বু লাইরহন-খিবনি।

অঙৌবাঃ— কনানা লাইরহল্লিবা ??

ইবোয়াইমাঃ—মীনা—মীনা মীবু লাইরহনবনি।

কাওবাঃ— অঙাওবা, নরা লৌদে চৎখ্রে চৎলো।

ইবোয়াইমাঃ— হায়নবা লৈ, উকিলশিংদা ওইদবা রা ঙাংবা য়াম্বকা Licence পী, Doctor শিংদনা অনাবা হাংপা য়ানবা Licence, শক্তি পায়বা মীশিংদনা শক্তিবু লান্না শিজিন্নবা য়ানবা Licence, Officer শিংদনা পৈশা চাবা য়াননবা, Police শিংদনা মরাল লৈজদবা মী ফুনবা। অতুগা মীচম প্রজাদনা করি? করম্বা Licence নো মীচম প্রজাদা পীরিবসিবো নখোয় হায়বা ঙমবরা? ঙমদে ঙমফমস্রু থোক্তে।

মীচম প্রজাদা মুংশিবীতুনা চানবীতুনা পিবীরিবা Licence তি মতম খুদিংমক্তা লীখৎপা ঙমজদবা, লাইর লাইরনা অরাবগা শাগোন্নতুনা গুন্সি লোমখিনবা।

কাওবাঃ— নপুন্সি চুপ্পা লাইরনা চরা হেন্দুনা লেম্মনবা নশানা শিঞ্জরিবা নত্রা নংদি। লাইরদনবা থবক অমত্তং তৌশিল্লু হায়বদি নংনা অচৈ অপা শাতুনা ঙাংতুনা লৈরগা।

ইবোয়াইমাঃ— পীয়ু থবক্তু কদায়দনো তৌগে ঐস্রু। তৌনিংঙগা তৌবা য়াবা থবক্তু করম্বা থবাক্নো? থবক্তি নীলাম শুরুনবা শেল লৈজদবা ঐগী থবকপু কদায়নো?

কাওবাঃ— কতন নংনা ঙাংবা লৌগদবা নত্তে খংঙবরা?

ইবোয়াইমাঃ— অমুক্তা ঐ কতন ওইনি, অমুক্তা ঐ অঙাওবা ওইনি, ঙাংনিংঙাই লৈরক্রগা অহলগী—হৌনবী "নরা লৌদে তানিংদে চৎখ্রে চৎলো," অঙাং ঐখোয়নদি লাওরি, নোং-ও চুথরো হন্নবী হন্নবা তাওথরো। (থোকখি)

কাওবাঃ— ওস্থোক্তা মথোং চাখিদ্রবা অঙাংনি।

অঙৌবাঃ— (হৌগৎলগা) বন্ধু মথোং চাদ্রিবসি ইবোয়াইমা নত্তে, ঐনি, ঐনি মথোং চাদ্রিবসি।

(থোকখি)

কাওবাঃ— হৈমা। চৎলবরো?

(মতোমতা) করিনোনে হৌজিক্কালসিবো? মতমগী মুংশিৎনরা

অঙাওবা ঙাক্তা, ঐস্মু ঙাওরম্মনি, শোয়দনা ঙাওরম্মনি।
( ইবোতোম্বী চংঙকই )

ইবোতোম্বীঃ— কুইরেনা পাবুংদি ঙাওবা, নহালমখৈ থংবীত্রি রা ওইরে।

কাওবাঃ— নংস্মু ঙাওবদা য়াওরবরা?

ইবেতোম্বীঃ— ঐখোয়গী ইমুংগী মীদা ঙাওদবা কনাবু য়াওরিবগেনে পাবুং?

কাওবাঃ— ঐ য়াওরি।

ইবোতোম্বীঃ— পাবুংদি অঙাওবা. অঙাওবীশিংগী মকোকনি।

কাওবাঃ— করি ??

ইবোতোম্বীঃ— তামোয়াইমাস্মু য়ু ঙাওরিবরা, মশানা শেংনা ঙাওরিবরা, অনি পাহুনা ঙাওরিবরা মানা ঙাংবনা চুম্মী হায়হুনা লৈরে। ইতৈমা অহল হায়র ঙাওবা হেঞ্জিল্লক্কুনা মপামদা লৈরুরনি হায়হুনা চৎথ্রিহুনি। তামোচৌস্মু ঙাওবা হেঞ্জিল্লক্কুনা ঙরাং মুমিদাং য়ুমদা হঞ্জিল্লক্কে। ইতৈমা অতোম্বীস্মু ঙাওবা হৌরক্কুনা Alsatian হুই পুহুনা তামোচৌ থীবা চৎখি—

কাওবাঃ— নতৈমা তোম্বীহুবু বালতিন অমা পুহুনা থোকখিবদায়নে?

ইবোতোম্বীঃ— বালতিন্না পুথ্রি মপান্দা থনমগা চীনবান নোংমৈ কাপ কাপতুনা চৎখিবনি। ঙসিগী লাঞ্জাওদি শোয়দ্রবনি।

কাওবাঃ— নতৈমা অহন্দুস্মু ইতাওনা ঙসি মুমিৎ ফৈ থীল্লকনি হায়হৌবনি।

ইবোতোম্বীঃ— ঙসিদি তেঙ্গোল অহুমগী লালনি। মাইকৈ সলাই খংঙরোই। বোম তোপ মরক্তা ঐদি খাঙবা ঙমজরোই, পাল্লগা ইহে হায়না তোকদো শরুক —

( ইবেমপিশক চংঙকই, খোংউপ লৌথোকঅগা কাওবদা থুরুম্মী। )

পাবুং নচা লাঞ্জেঙ্গরে। ( থোকখি )

কাওবাঃ— ইতাওদি?

ইবেমপিশকঃ— পাবুংদি হকচাং ওমদরে হায়দুনা লাক্তরে, ঐ ইতোমতমক লাকএ।

কাওবাঃ— ফরে ফরে, নফি নম্রোলছু হোংদোকচরুরো চৎলো।

( ইবেমপিশক খোংউপ মখুৎনা পায়রগা চৎখি। ইবোহল শাওনা চংঙকই )

ইবোহলঃ— পাবুং সনাতোম্বীদি ?

কাওবাঃ— করিগীনো ? পুখ্রি মপালদা বালত্তিন লৈ হায়বনি, পুখ্রিদগা তাবরা য়েংঙু।

ইবোহলঃ— করিগীনো মানা ঐবু ইমান্নবা ময়ামগী মমাংদা মাগী মথা থাবা অঙাংদৌনা চৈ থাংঙম্মীবো ? ঐবু মথাগী অঙাংলা ?

কাওবাঃ— ( শাওনা ) মতুগীদমক নংনা ঐঙোন্দা পাহোমফম থোকপরা ? নরমচত্তুনা চৈরিবা ওইরিনি।

ইবোহলঃ— অার শান্নববু করিগী ইরমচৎনো ?

কাওবাঃ— অমত্তং লোয়নবদা হায়নরিবা অতুগা নংনা অনিমক অারস্নু শান্নরবা নুপিস্নু —

( ইবেমপিশক থোরকই )

ইবোহলঃ— নংদি সিদা কৈদৌবা লাকইবা ?

কাওবাঃ— ঐনা কৌরুরিবনি।

ইবোহলঃ— পাবুংদা ঐনা কৌবীরুচোদি হায়খিদমাল্লে।

কাওবাঃ— হায়বা হায়দবা নুপিসি ইমৌনি, ঐনা হায়ন-শিংনত্নুনা য়ুমসিদ্দা পুরকখিবনি। অতুগা ইবোহল ইপা অঙাং নত্তে, নখোয়বু পোক্লিবনি। নংনা ওসি ঐঙোন্দা ঙাংখ্রিনা খোল অত্থম হায়না অমুক হন্না ঙাংলক্লবদি ইপা ইচা লোয়নরবনি খংঙু। নংবু ইচা নুপা অহন্নি, কোকহন লাইহন্নি হায়দুনা ইপানা য়ান্না লুনা তৌরকপনি, নংনা হায়বতা , নংনা তৌবতা য়াত্তুনা লাকখিবনি খংঙবরা ? হৌজিক্তি নপান চারে হায়দুনা ইপাবু উশিল্লকবা নঙ্গদো ? নংনা নুপি

লোম্লগা ঐভোন্দা শাওফম থোক্কে। মত্তা ইচা চাদব শারদনা।

(শাওনা থোকখি)

ইবোহল চৌকিদা ফম্মী।

ইবেমপিশকঃ— ঐনা য়ুমসিদা লাকপসিবু মোইতামোদা কয়াম কায়রবগে?

ইবোহলঃ— কায়বা কায়দবগী রা নত্তে। নং নশানা য়ুমশিদগী ঐগী ইনাক্তা লৈনিংদরে, লৈররোই হায়দুনা চৎগ্রগা অমুক লাকইসিবু করিগীনো? নমাইদু ইকাইদরা?

ইবেমপিশকঃ— ইকাই হায়দুনা কমদৌনি চৎকমদি লৈতনা। নত্তে মোইতামোনা হায়বীরিসিবু ঐবু তশেংনা মুংশিদ-বগী রারা?

ইবোহলঃ— কোচি কোরাং তৌরকনু। নংবু ঐনা য়ুমসিদা লৈরমু হায়দুনা তানখিবরা? নংনা লৈনিংদে হায়দুনা চৎখিবা নত্রা? মুংশিবা মুংশিদবগী রাহংদুদি নং নথন্তা হংজো।

ইবেমপিশকঃ— অদুনবু থংদনা লাকইসিনি।

(হরাওনা নোকঅগা চংখি)

(সনাতোম্বী ঈশিং বালতিন অমা পুরগা চংঙকই)

সনাতোম্বীঃ— য়ৌদি য়ৌবীরকঅবোরে। (বালতিন থম্মী) অার শান্নবদা য়ুমগাসি কাউথোকপিগ্রবনিনে? গুরাং তলব ফংবা মুমিৎ ওইরিনি, কয়া য়াম্মদি থাদোকপিগ্রবা?

ইবোহলঃ— সনাতোম্বী, গুরাংদগী চাক্কা চারক্কুবনে হকচাংসি য়াম্না চোকথরে, চাক চখোম্মুক্তা হান্না য়োংখিগে অদুগা কোন্না খন্নরসি।

সনাতোম্বীঃ— চাক লাম্বগদি খংবীবোরে।

(ইবোহলগী মনাক্তা চংশিল্লি)

পৈশাদুবু কয়া য়াম্না থাদোকপিখ্রবগে?

ইবোহলঃ— সৈত্য নরক তানি, কোক কাসি পুমণাও হেক ঙাওই। কোন্না ঙাংনরসি কৈদৌগে নংবো।

সনাতোম্বীঃ—পৈশা কয়া য়াম্না থাদোকপিগ্রবগে হায়বত্নুদি হায়-বিবদি য়াইদনা। অহুবু কয়াম লুবা থবক্লো?

ইবোহলঃ— মশিং থিদ্রবদি খংদ্রে, ভাব তারবরা?

সনাতোম্বীঃ — অহু ওইরগা ঐ থীগে।

(ইবোহলগী ফুরিৎ জেবতা হুম্মী, পৈশা লৌথোরকই)

ইবোহলঃ— ওন্থোক্না মুংঙাইখিদ্রেদা।

(সনাতোম্বীনা পৈশা মশিং থী, ইবেমপিশক থোরকই, সনাতোম্বীনা মিৎচিনা হায়ফেৎ য়েংঙগা পৈশা ফিজিদা কিশি কিশিল্লি।)

সনাতোম্বীঃ – ইচেদি হৌজিক য়োবীরকপরা?

ইবেমপিশকঃ— উম হৌজিক লাকপনি।

সনাতোম্বীঃ— (ইবোহলদা) মোইতামোদি হান্না খংবীবরা?

ইবোহলঃ— খংই।

সনাতোম্বীঃ— অহুননিদনা মোইতামোনা পৈশা মশিং থীগে য়াদ্রিবসিদি।

ইবোহলঃ— করিনো নংনা ঙাংঙিবদো সনা?

সনাতোম্বীঃ— কমাগী সনানো? কোরিনি ঐদি লোইবীরিবা নত্রদো ঐবুদি য়ুমগী মীনাই ওইনা?

ইবোহলঃ— (লাওনা) ঐ চাক য়াম্না লাম্মী, ঈরুজনবা ঈশিং বালতিন অমত্তা লাকখৎলকউ। শাপোনগা খুদৈগাহুনা কদায়দনো? চৎলো নখোয় অনিগী মরক্তা কনানোমা শোক-উরো। কৈদৌরগে? কনামত্তা ঐনা হায়বসি তাররোইদরা?

ইবেমপিশকঃ— মীশক পান পান্দুনা পাখোন হায়বীয়ু নত্রবদি কারল ফুনরকনি।

ইবোহলঃ— সনা নংগী বালতিনগী ঈশিংসি কৈদৌনবনো ঐ লুজরগে।

সনাতোম্বীঃ— ঐখোয়গুম্বা শকথীবীনা শোকউবা ঈশিংনা ঈরু-জরবদি দাউ য়ারোই। শক ফজবীনা শোকপা ঈশিংনা চায়থবীয়ু দাউ য়ানবা।

ইবেমপিশকঃ – ইনাও, রা ঙাংবদা মীশক পান্না শেংনা শেংনা হায়য়ু। মচেক ময়ানা তৌরকনু। ঐ মহৌশাগী ইবেমপি-শক কপচেৎপিতু নম্রবনি। থা অমা চংনা মথৌ হাপ্পুরবা নোংমৈ শীংজংনি খংঙু।

সনাতোম্বীঃ— নোংমৈ শীংজংদি থমবু থমখো তোপ শীংজং ফাও-বনা য়ানবদা চংদ্রবা সনাতোম্বীনি খংঙু। নখোয়গী অতুগুম্বা ধমকাদা কীগদবা মীত্তানি গায়নদি খনগনু।

ইবোহলঃ – চাক্কা অমত্তা চারোইদা, ঙসিদি খৎনবতুম য়েংগে।

(চৌকি অমা চাংথোক্লুনা ফম্মী)

খৎনৌ, ঙাংনৌ, কয়াম কুইনা ঙাংনবা ঙম্বা য়েংগে। খৎনবা হেক লেপ্পদা ঐনা য়ৈনি। কৈদৌরে লেপ্পদি খৎনরোদনা।

সনাতোম্বীঃ – (মতোমতা) করিন্নু কান্নদবদা ধমকাগা তৌবা শারদনা।

ইবেমপিশকঃ— ইনাও রা ঙাংবদা য়ারক্কা ঙংঙগা ঙাংগনু। নংনা হায়নিংবতু দক দক হায়দোকউ।

সনাতোম্বীঃ— ইচে রা ঙাংবদা শিদ্র থিবীরকনু। ঐ য়ারক্কা ঙংতুনা ঙাংনিংঙগা ঙাংগনি, ঙাংনিংদ্রগা তোক্কনি।

ইবেমপিশকঃ – হায় হায়, নংগী অতুগুম্বা রাঙাংগাতুদি তৌরকনু। মহৌশা পংয়া য়ারম্মবসু হৌজিক্কি য়াররোই খংঙু।

(ইবোহল নোকফেৎ নোকফেৎ অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং তৌতুনা লৈ)

সনাতোম্বীঃ— মাইবু ওম্থোক্লা পানখিদ্রেনে।

ইবেমপিশকঃ-- (শাওনা, লাওনা) মাই পান্দে হায়বদি ??

সনাতোম্বীঃ— ইচেবু মাই পাল্লিবরা? নপামদা খায়নরবনি হল্লনি হায়তুনা হেক চৎখি, অমুক হেক হল্লক—

ইবেমপিশকঃ— মতুদি নংগী নমাংদা কল্লরুবা তৌগে হায়তুনা তৌরিবনি। মসি ইপুরোইবগী য়ুমনি, ইয়ুমনি, লাক্লিংঙে লাক্কনি, চৎনিংঙে চৎকনি, মসিদা নংগী করি নথৌ লৈ?

সনাতোম্বীঃ— মতুদি নমাই পান্দবগী ৱাঙাংনি। ইকাই খংদবগী শাজংনি। মোইতামোনা আধামোরা ওইবগী তৌবনি। মুপারা মুপা নত্তু, মুপিবা মুপি নত্তু, তুকপু তুক্কৎচৈ।

ইবোহলঃ— সনা, নংনা ঙাংঙিতু করিনো?

সনাতোম্বীঃ— (লাওনা) মুপিনা মনিং তম্মগা তুমিন্না খংশিন্নদ, উশিন্নদ লৈনিদো হায়তুনা লৈথোকলিবা মুপাসে তুক্কৎচৈয়ে।

ইবেমপিশকঃ— (মথুৎ য়াওনা) নংনা ঐগী ফরবা করি উই? মতু নংনা হায়দ্রবদি নং ঙসিদি লোয়রেদো।

(মফি শেম্মী)

সনাতোম্বীঃ— য়ুম পাল্লবা মুপীনা খায়নরবনি হায়তুনা মপামদা ঙায়হাক লৈতনা চৎপগী অর্থবু করিনো? চংখ্রবদি চৎখিবা তারেদনা, হল্লকঅরোইদবনি। য়ুমশিদা লৈরমু চৎলো হায়তুনা মুপাসিনা তানবদি নত্তেদনা। ইচেনা চৎখ্রে হায়তুনা মুপাসিনা কৌরবদি ওইরম্মোই হায়বা? কৌরবম্ নত্তবা নখোংনা থোংনা লাকইবা— হা হায়য়ো নোক্তুম নোকা নিংই।

ঐমু থামুক কোয়রুখিগে অতুগা অমুক লাক্কে মোইতামোনা য়াগদ্রা? অমুক্তা হায়বীয়ো। য়াগদৌবা ওইরগনা হৌজিক্তগী চংখ্রগে। খুম্মো, করিগীনো তুমিন্না লৈবীরিবো?

ইবোহলঃ— (হৌগৎলগা) ৱা মখা তারমু স্বাইদা শুম তেনশিল্লসি। নচেনা য়ুমশিদা লাকইবসি ঐথোয় পাবুংনা কৌরুতুনা লাকইবনি।

সনাতোম্বীঃ— ঐবুমু কৌহনবীরোলা-ও।

ইবোহলঃ— নং ৱা য়াম্না ঙাংগদৌরিনা।

ইবেমপিশক:— ইনাও-নংনা পাম্মীবসি করিনো? ঐনা য়ুমশিদা লাকইবসি পামদবগী রারা? নত্রগা নুপাসি ঐগী ইপুরোইবা নত্তে হায়য়ু হায়রিবরা? করিনো নংগী অপাম্বহু শেংনা হায়য়ু। ঙসিদি ঐবু ফত্তে হায়গনু। করিনো নংনা হায়নিং-ঙিবসে?

সনাতোম্বী:— ঐদি ইচেদা করিস্নু হায়দে। ঐদি ঐগী নুপাদা হৃজ্জং লৈনা হিংহন্নিংদনা হায়জবনি।

ইবেমপিশক:— হায় ঙরাংগী ঙাথা নংনা য়ুমসিদা অঙং অপা শাবদি য়ারোই থংঙবরা? ঐসে য়ুমশিগী মবেম্মানি। ঐস্নু ঙসাংদগী খাংগে হায়ত্নুনা খাংবনি। নুপাগী ইজ্জৎ ললোন-বদি ঐ নত্তে নংনি থংঙবরা? নংনা নুপাসি কয়া য়াম্না ইজ্জৎ ঙারা লৈহনবগে য়েংগে হায়ত্নুনা য়ুমদা লৈরুবনি। নংনা নুপাসি ইজ্জং লৈনা হিংহনবদি লায়রদনা ইজ্জৎ ললোন্নকপত্নদা মাংবা তারে কনগে হায়ত্নুনা য়ুমসিদা লাক-ইবনি ভাব তারবরা?

সনাতোম্বী:— নুপাগী ইজ্জং ললোল্লুরিবদি ইচেনি। মপুরোইববু থাদোক্লুনা চংলুরিববু করিগীনো?

(ইবোহলদা) করিগীনো তৌজিক ফাওবা পংশিন্নত্নুনা লৈ-রিবসিবো? নংবু মী নত্রবরা? নুপিনা তৌরিবমথৈ নংবু তুমিন্না অস্নুম য়েংত্নুনা লৈথোক্কদোরিবরা? হায় অধামোরা—

ইবেমপিশক:— করি হায়বা? মসিদা হাৎলগেদা।

সনাতোম্বী: — লাও লাও।

(ইবেমপিশক সনাতোম্বী মথুং-মথুং পায়নত্নুনা ইন্নৈ, ফুনৈ)

ইবোহল: — (ফিংনা) হায় হায় করিনোনহে।

(ফুনবা থাম্নবা হোৎনৈ)

ইবেমপিশক: — মসিদা হাৎলগা লোয়রে, মানা ঐবু অস্নুক য়াম্না উশিত্তবসি, মসি।

সনাতোম্বী: — ইকাইখংদবী, মসি ।

ইবোহল:— (থাম্না থাম্না) কনা কনা লৈ ? (লাওনা) ইবোয়াইমা, ইবোতোম্বী কনা কনানো অমুক্তা থাম্মোলাওনহে। নখোয়বু তৌননোমী।

( ইবোতোম্বী, ইবোয়াইমা চেনশিল্লকই, ইবোতোম্বীনা বালতিন পায়খৎলগা ঈশিং হৈজিনগে তৌই )

ইবোয়াইমা:— হায় হায় করিনো ? হুইস্ন নত্তনা

ইবোহল: — থাদোকনৌ হায়মী নখোয়বো। ঙায়খোমী।

সনাতোম্বী:— থামগন্নু মসি হাত্তোক্কে।

ইবেমপিশক:— থামগন্নু, কৈদৌবৈ থাম্মীনো ?

( ইবোহলনা ইবেমপিশক ইবোতোম্বীনা সনাতোম্বী চীংথোকই )

ইবোয়াইমা:— (ময়াইদা লেপ্লগা থৎনবসি লেপ্থিসি ঙায়হাক্তা পোত্থাখিসি।

ইবোহল: — ( স্বর মপি হোল্লগা ) ঐ রা হায়গে।

সনাতোম্বী:— হায়গন্নু, মুপিনা লম হেল্লগা মুম য়েংদুনা লৈরিবা নংবু মুপারা ?

ইবেমপিশক:— নংদি হেক্রে সিরা ? ইকাই খংদবী মীগী মুপা মুনবী।

সনাতোম্বী:— মুল্লে, কৈদৌগে হায়রিনো ? হৌজিক্তি নংগী ওইদ্রে, ঐগী ওইরবনে খংঙবরা ?

ইবেমপিশক:— নংনা মুনখ্রে হায়দনা ঐনা তুমিন্না হেক্তা তোকদবা মানবরা ?

সনাতোম্বী: — মদুনা ইকাই খংদবগী থবক্লিদনা ।

ইবোহল:— ঐনা হায়বসি নখোয়বু অমুক্তা তাখো হায়মী কৈবগে ।

সনাতোম্বী:— তারোই, কৈদৌবৈ তাদোয়নো ?

ইবোহলঃ— (মতোমতা) ঐবু ঐরনে তৌরিসিবো?

ইবেমপিশকঃ— লোনখোনা, নুপি লোনখো-ও, তরামুক লোম-খো-ও। ইকাইখংদবী, মীগী নুপি লৈ খংনা খংনা মীগী নুপাদা লৈনিংবী, অফাওবী ময়াম অমা লৈরমখিনি, পুশিল্লকও।

( কাওবা চংঙকই )

ইবোহলঃ— করিনোনে তৌরিসিবো? নুপি লোনবা অতৈম্নু ঐদোনা তৌরিদরনে?

কাওবাঃ— ইবোহল, নুপিদি অমুক্তংবু লোনখ্রবদি ইমুংগী লান্দি লেপ্লরোইদবনি। অহানবদা নুপিগী লাল, মথংদা নচাশিংগী লাল, মথংদা নং শিখিনি, নংগী শম্পত্তিগীদমক নংগী নুপিশিং নচাশিংগী কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাও, লোয়বা থম্বা নাইররোইদবা লাঞ্জাও কয়া অমা মথং মথং লাকখিনি। রারুম্নু ইচাশিদি, নংগী তৌজবা কর্ম্মগী ফলনি। লোল্লু ইচাসিদি নুপিদি লোনগ-দবনি। মহুনি রাজগে হায়তুনা নরান থুরুম্বা হায়বদো।

ইবোয়াইমাঃ— পাবুং লান্দি মীওইবগী ইতিহাসনা লৈরিবমখে লোয়বা নায়ররোইদবনি। মসি মীওইবগী রাখল শারক-পদা ঈশ্বরনা লালগী রাখলদি শীংচেপ ওইনা য়েশিন্দুনা হাপ্পিরকখ্রবনি কল্লকপা, মীহৌবা, অপাম্বা লৈরিবমখৈদি পৃথিবীগী লালগী রারিদি লেপ্পা লৈখিরোই। ইমুং মনুংগী লাল, লৈকায়গী লাল, লৈবাক্কী লাল, লাল, লাল লোয়বা লৈরোই লাল।

কাওবাঃ— ইচাশা নখোয়না নুপি লোনগে হায়রবদি ইচানুপা ইবোয়াইমাদগী পাউতাক লৌ। মাদি অন্তর্যামীনি। ইপাদি লাল য়াওররোই। য়ুমশি থাদোকঅগা কদায়দনোমা চংখ্রগনি।

ইবোহলঃ— ঐ খংই, থাংজিল্লুরিবা খোংথাংসি তীংখং তুম্বৌ মরক্তনি হায়বা। মাখা শাবগী লোয়বা থম্বা নায়ররোই। ওসিনা লোয়রোই, হয়েংম্নু হংচিংম্নু মথং মথং, অহুদগী ঐ

শিখিনি, শিশ্রপন্থ পোখারোই, ইচা ময়াম্মা লৌ ইংখোল শমপত্তি মুন্নবদা ঐবু চীংখোক চীংখোক্তুনা চৈরক্নি।

কাওবাঃ— ইবোহল, ইচাবু ভাব থরদি ভাব্রবা? মতু থংনা থংনা মুপি লোল্লুরিবতুবু করিগীনো?

সনাতোম্বীঃ (কপ্পা) করিগীনো? ঐবু অসিগুম্বা মীরা মীশাসি লাংহন্নবরা য়ুমসিদা থম্বীরিসিবো?

ইবেম্মপিশকঃ— (লাওনা) কৈনোহে মীনা মাখা শারিঙৈসিদা।

ইবোহলঃ— (শাওনিং কপ্লীং) করিগীমোনে ঐবো— ঐবু করিমুংগী মুপি লোঞ্জরুবা?

(মকোক পায়ছমা কমথৈ)

(মৈ মুৎলি)

লোইরবা

# রেডিওদা শান্নখ্রবা

## অইবগী লিলাশিং

১। অহঙ্গাওগী ইমুং। (ইমুং মনুং লিলা পারিং)
২। চাউথোইগী য়ুম। ,,
৩। হিংমিন্নসি। ,,
৪। মসিনা পন্থুংদি নত্তে। ,,
৫। "অঙাওবীসে ঐগীদি ইমানি"
**All India competition for Radio playwright 1987** দা **First** তাখ্রবা।
৬। "কনাগীস্থ মরাল নত্তে"
**All India competition for Radio Playwright 1992** দা **Third** তারবা।

## শান্নখ্রবা শুমাংলিলাশিং ঃ

১। ঈগী পল।
২। মৌ অহুম (**Best Script 1980**)
৩। মখোঙ তরাগী চৈঙাক।
৪। অনুতাপকি মৈরী।
৫। তৎলুরবা বীনাগী তার
৬। পুন্সিগী হিদেন্দা ঙায়হাক্তুং
৭। কংখ্রবা ঈচেলগী তোর্ব্বান (ঈশৈ লিলা)
অতৈ কয়া অমা।

## রূপমহল থিয়েটর,

### ইম্ফালনা শান্নবীখ্‌বা অইবগী ড্রামাশিং

১। বর ইন্টরভিউ। (১৯৭৭)
২। হায়গৎলাং। (১৯৭৭)
৩। ইমাগী মমৌ। (১৯৭৮)
৪। ইশাচা ইপা লম্বোইরগে। (১৯৮০)
৫। ঐ মমানি। (১৯৮২)
৬। করিন্নুংগী মুপি লোঙ্গরুরবা। (১৯৮৪)
৭। হিংমিন্নবৈ মন্থুং শিমিন্নবা। (১৯৮৬)
৮। ইকাইখংদ মাইথাবা। (১৯৮৭)
৯। লৈইসিগী ব্রাংমদা। (১৯৮৮)
১০। মীহাৎপা কনানো? (১৯৯০)
১১। ইচাগী মরাল নত্তে, ঐগীনি। (১৯৯২)

## এমঃ জিঃ এমঃ থিয়েটর,

### ব্রাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল, ইম্ফালনা শান্নবীখ্‌বা অইবগী ড্রামাশিং

১। মৌ মরি। (১৯৭৮)
২। তরাগী চৈখৈ। (১৯৭৯)
৩। নমাংসু লাং নতুংসু তেন। (১৯৮০)
৪। ইতৈমা। (১৯৮১)
৫। নোংলৈ নুংশিৎ। (১৯৮২)
৬। ঈচেলতুগী ঈরৈতুদা। (১৯৮৩)
৭। ঙমখৈগী ব্রাথোক। (১৯৮৫)
৮। গেরুরা টুপি। (১৯৮৭)
৯। অরোনবা মৈরী। (১৯৮৮)
১০। পিরাং। (১৯৮৯)
১১। ঐখোয় পাবুং পেঙ চোয়রে। (১৯৯১)
১২। ইচাশা তোঙান চানরো। (১৯৯৩)

---

মখুম য়েকপিবা: খাইদেম নিমাই সিংহ, রূপমহল থিয়েটর।
মখুম নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর, কোম্নুং লম্পাক।